# ꯃꯉꯥꯡ ꯂꯥꯢꯅꯤꯡꯁꯤꯡ

# মঙাং লাইনিঙশীং

ফোংজবা :—কাংভবমচা শ্যামকিশ্বর মঙাং

# মঙাং লাইনিঙ্ শীং

অফোংবা
কাংজবমচা শ্যামকিশর
কাংজাবম লৈকাই, ইমফাল ।।

অইবা
চোংথামচা, ঙানবা ( চয় )
নাগমপাল ইমফাল ।।

অইবগী

তরকগুবা পুখোকপা,

মঙাং লাইনিঙ্শীং ।।



অহানবা থুংনম কোংবা

আগষ্ট ১৯৯৪ ইং

লাইরিক মশীং ১,১০০

মমল, রুপা ২৫ ০০

---

ছাপা নমফম

মনিপুর ষ্টেট কো-ওপেরেটিভ কঞ্জুমর ফেদেরেসন লিমিতেদ প্রেস সেকসন পাওনা বাজার ইম্ফাল

# অকোংবগী ৱারোল

মালেমগী লৈমায়দা লৈরিবা মীওইবা কাংলুপ (জাতি) খুদিংমক্তি মাগী মাগী মপা-মপু নাংকি ওইবা লাইনিঙ, লাইশোন ১দি চংনা পথাপ লৈজৈ হায়বা অসি খ্বায়না খঙনারবা বাফমনি। থোংং অসিগুম মৈতৈ হায়বা ফুরুপ (জাতি) ঐখোয়গীসু ইপা ইপুদাংনা অরিবা ময়েক্তা ইথুনা থম্মীরম্বা পুম্না লাইরিক কয়ামুক থেংনাজৈ. অশুম্না ওইবা পুম্না লাইরিকশীং অসি উরু-পাকবদা ঐগী পুকনিংদা কাওজখিবদি, লৈরমলীবা মৈতৈ ময়েক্তি অরিবা বাহৈ ৱারোলবু, অনৌবা লোলগা লোয়ননা খজিক্কং লাইথোকহন্দুনা ফোংনিংবগী ৱাথল পুকনিং লৈজরগী। অশুম্না ওইবা ঐগী ৱাথল অসি ইয়াদ্বা চোংথামচা তানবা (জয়) দা তানাবা ওইনা ৱারি শানারম্বদা, য়াম্না ইচিন-ইনাও তাম্নমনা কোংনারগা পুথোকনবা হোংনশী হায়না হায়নখিবদগী, থোমজিন্দুনা ইবগী থৌদাংনা য়াম্না ওইবিম্না, লাইরিক মমিং "মতাং লাইনিঙশীং" হায়না মিং থোনবা অরিবা লোলগী বাহৈবু অনৌবা লোলগী ইচেন্দা বাহন্দোক ওইনা থোরাংলম্বা লাইরিক অসি মালেমগী মীওইবা মাপুম খুদিংমক্তি মপোং মরল ওইবা ১দি মীওইবা মশা-মশানা মী অমা ওইনা ঙাকনা চংপা, তোৌবা হৈবা থোরম পাওতাক ঙাক্তা ওইবা, চিঙঙ্গশাংনা থম্মীরম্বা পুকৈদগী লংতোক্তুনা থোরাংবিরম্বা লাইরিক অসি. ৱাথল লৌশীং লৈবা মীওইবশীংনা খঙনম্নমা লৈরবা হিয়ম থোরম লিচং শাচংপু, নোংহোননা মতম খুদিংমক্তা নিংশীংনবা ওইবা, জাতি বিজাতি থায়দনা মীপুম খুদিংমক্তি ওইনা কাম্নবগদৌবা পাওতাক ওইবা ৱারোলনি হায়না খঙ নিংজবদগী লাইরিক অসি ঐনা ফোংবগী থৌদাং লৌজবনি।

অশুম্না ওইবা লাইরিক অসি অথুবা মতমদা ফোংদোকনবা হোংনবদা মনিপুর ষ্টেট কো-ওপেরেটিপ কঞ্জুমরস ফেদেরেসন লিঃ প্রেস পাওনা বাজারগী মেনেজিং ডাইরেক্টর ১ শুং ষ্টাপ-শীংনা থৱাই য়াওনা হোংনাবিবদগী থা অমা মথায়গী মতুংদা নপিবা লোয়শিনবিখি, অশুম্না ওইবা প্রেস অসিগী ষ্টাপশাংনা থৱায় য়াওনা ঢোংনবিবা থোরম্নু, শিংবা ঙমলারোইদৌবা লমন তোলুলাবনি হায়জনিংই॥

আগষ্ট ১৯৯৪ ইং

কাংঙবমচা শ্যামকিশর
কাংঙবম লৈকাই, ইম্ফাল।

# অইবগী ৱারোল

মালেমগী লৈমায়রন্তা মায়গী থবাই হারপিবনা মথক মথং শকতম কয়ামুক ওইনা লৈরিবশিংগী মরমগী, তাইবঙ, মী হায়না খঙনরিবনা পুক্নিং বাখল লোশীং থৌরম থোদাদা. থোইদোক হেনোকপা শকতম অমা ওইনা লৈরি ।।

অশুম্বা ওইরিবা তাইবঙ মীওইবগী পুন্সি খোঙচৎতা থোকলিবা থোদোক থৌরম, হৌরকফম মরম মথং তিম্নদবা কয়া কয়াশীংনি । মথংদি :—অরাবা ফুংঙাইবা কপিংবা নোকনিংবনা মক ওইবা মহৈ অমা ওইনা, মীংইবনা ফংনবি খেংনবি, খা-মানা হোৎনজনবগী মহৈ ওইনা ।।

পুদমদি, অপুম্বা অথাবা, অশিনবা, অফকপা, ওইনম্বা, অৱাঙবা.... ... . অশিনচিংবা মহাওশিং, অসিদগী অপুম্বা হায়রগা খঙনবা মহাও অসি, পোৎলমক খোমবগী মতুং ইন্না পুম্বগী চাং (পুৎথুম) মায়দে, খোমবা লৈ, অদুবু অপুম্বদি থুগী হায়না হেক্তা কোংদোকনে খঙনে ।। অশুম্বা, অথাবা অশিনবা অফকপা ওইনম্বা অৱাঙবা .... অসিশীংবুশুনি ।। অদুবু মহাও হায়রগা খঙনরিবা অসিগী মগুন্দা অনিশুবা খন্দোকনিংঙাই লৈতবা মহাওদি, অচম্বা ইচম চম্বা মহাও অসিনি ।।

থোওং অসিগুম, তাইবঙ মীওইবগী পুন্সি খোঙচৎপু, অথুম্বা মহাওদা খোমবা লৈবগুম, অফবা মায়ফবা হিরম থৌরমদগী খোমবা লৈরিবনি । অথাবা অশিনবা মহাওদগী অচুম্বক খোমবা ফংনরি ওইরি । খেনদবা মহাওদি থুমদবা খাদবা, শিন্দবা,— .... ... — — ইচম চম্বা, অচম্বা মহাও অসিনি ।।

মরম অসিগুম, অশেংবা অচুম্বা থৌরম থোদোকনা অচম্বা পুক্নিং বাখল থিংবেংগী হিরম থৌরম্না, অচম্বা মীওই অমা ওইবগা লোয়নননা, লাইনিঙ থুদাবু তাকনা চৎনা থৌরম পাঙথোক্লবা মীওইদি, মালেমগী মী ওইবা-রক্তা থোইদোকপা অথম্বা মীওই মীশক অমা ওইফম থোকপ্রা । অদুবু তাইবঙ মীওইবা অরাম্বনদি, মহাংগী মগুংদা পুমচম চম্বা মহাওবুদি পুকনিং থবাই তানা পামনা মিতানদে । মশিগী মরমগী থোইদোবনা ঙকনিংঙাই ওইদে, মরমদি তাইবঙ মীওইবশিং অসিতা নংঙলা, মহাও মথন মথন মরম খঙনা চাবিবশিংগী পুন্সিবু অতোনবা মতমদা পুন্সি মঙোল লোমনবগী থৌরাং অমা ওইনা তেংপালবা মপুনা শিনবা লাংলোল অমনি থবা মাই ।

ইচম চম্বা মহাওগী পুকনিং থোইদাকবা কনাগুম্বশীংদি, অশিনবা অথুম্বা অথাবা মহাওগুম, মীনম লাংনা শাগৎলকপা হিরম থৌরমদা, থুদোংচাবা কংনিংঙাই ওইবা মহৈ লৈরবগ, থোইদোকনা পুকনিং থোইদানা কলকপা থিংবেং লৈনাদে ।। অশিনবা অথুম্বা অথাবা অফকপা মহাও পোৎ-লমগুম মিতাবা পোক্তে ।।

থোওং অসিগুম, মীওইবগী পুন্সি লোঙ্জতো মশীং দাইনা তৌরিবা মচু ওইনা কয়া য়াবা লাংলোন্নশাংদু লাংলোন মথক খঙনা পুন্সি লোঙচং ওইরিবা অথোইবা মীওইবদি চিংনিংদি মথৈ চিংলমগা পুন্সি মতোন লোমনৈনয় হায়না লৈথারবা মীওইবগী লিচৎ-লাচৎ ওইববু নৈনদুনা হুন্দগী পুক্নি, লৈচং তাানা, হৈয়াং হৈগী মহাও ঙংনা অচগা মহাওবু খঙবদুম, চিঙুগী য়াবা পাওজাপু তাবি খঙবিরিবা মীওই ৬০০ গী মরক্তা মীওই মখি মঙাথক্তা ওইববগু নত্তে ১/২ তা ওইরগা, চিঙুগী মতিক ময়াম মঙাল মশাবু, হৈয়াংগী হৈচং, লৈয়াংগী লৈচা ফংবগুম ফংনবা য়াওগবরা খঙবনী, মালেমগী মীওইবশিংগী নাকোংদা লীন-থুংনা তাহন-খঙহনজনিংবদগী থরদং ফংজবা চিঙুগী য়াবা মঙাংলাইনঙশীংগী মপাওতাকপু থোমজিনবনি ॥

খমলাংপা ইয়েং শুপাললোল পুয়াদগী, মতাং মতাংগী শকৎচবা রারোলনা পরি, অমা ওই-রবগা, লাংলোন পুয়াগী রারোলবু ফেনজিনজবনি। পুয়াগী রারোলবু অনৌবা রাহৈ, লোলদা চপ চানা রাহয়োক তৌজবা নৎত্তে, ইচেল্দা হন্জবা রাহয়োকনি ॥ অমনা, রাহয়োক থকতাবদু, পরিং রাইনা পাবা হুংঙাইনবা পুয়াগী অদিবা রাহৈ (লোলবু) রাহৈ খর খদোক থাজিন তৌজখে। থোরম অসি, অপাবশীংগী প বা হুংঙাইগদবা খনজরবনা তৌজবনি। অয়ান অহুই ভমনমক চিঙুনা ১দি থাম মীয়ামনা ঙাকপিদু থায়না পুলেমজরি ॥

## নিংশিঙ্জবা অমা :—

লাইরিক অসিগী মশাদা ময়েক অচৌবা ( অনোযব ) না নমলিবা রারোল মখৈনা পুয়াগী ওইবা রাহৈ রারোলশীংনি।

ময়েক মচা ( অপিকপা ) না নমলিবা রাহৈশীংনা, পুয়াগী রারোলবু অনৌবা রাহৈ রাঙাগী মওংদা ( ইচেল্দা ) রাহয়োকনি হায়না থৌরাংজবনি। রাহয়োক ঙাক্তা পাবিনিংবশীংনা ময়েক মচা ( অপিকপ ) না নম্বামথৈ পবিং ওইনা পাবা হুংঙাইনবা য়োংনজবদা, পন্দুপ পন্দুপশীংদা রাহৈগী লোইফম থোক্তবা কয়ামুক থেংনবিগনি, মশিমক অইবা ইশগী ওইনা অশোনবা থোওং অমনি। মরম অমনা, লাইরিক অসি য়ামনা থুনা নমথোকনিংবগী ইথক ইপোম অমনা মাঙওইনখিবদগীশু অমমি, মথংগী খুংনম অমুক্তা শেমজীন শাজিনগে। নত্রগা, অথঙ অহৈশীংনা শেমজীন শাজিনবিহুনা হেন্না ফনা পুথোকনবা হোংনবিরকপশু ইফুরুপ অসিগী ওইনা থোয়দোকপা য়াগফবা অমা ওইরে হায়না লৌজগনি ॥

# "ওইবিদু লময়ানবা"

তাইবঙ, মীওই কনাখা
লৈপাক মীয়ামগী-দমক্তা
মায়ক কালম ওইবা
চিরম খোয়ম কয়া
কাংখোক কোংদোকলক্‌না
মীয়ামদা খঙ্‌হন-উহনবা
মায়ফা খোবাংলকপদা
কনাগী মতেং তঙাইফদে।

হিরম অশন্‌ম ওইরকলদ
খোঙ, খোয়ম কয়াদা
কংখে,কপা চমদবা মীওইনা,
মীগী মতেংতন্‌ চাইনা
লমজিংলিবা মীওইদি
লৈপাক মায়ামগী ওইবা
মায়ফা খোরাংলমদা
লমজিং লময়ান মীশকনি
হায়নাবুদি মীয়ামা
কদোনেংদা শিংখায়োই ॥

মীয়ামগী পন্‌মসি রাখলদি
অচম্বা, অশেংবা, অচুম্বনি।
মীয়ামদা রাখলগীং অসিবু
লৈবা ওইবা মরমনা,
কনাগুম্বা মীওইনা
লৈপাক্কি মায়ফনবসি হায়বা
মীয়ামগী লময়ানবা ওইনা
হিরম খোয়ম খরনা
মৈরাগী পান্নমগুম পারকুনা
মীয়ামগী মাংদা লেপ্পরবদা।

| হিরম | লমাই |
|---|---|
| মঙাংশী মতিক ১দি রাহং। | ১ |
| লৈশেম নোংশেম্বা ১দি<br>নম্ব তাইবঙ, মী থোকললকপা। | ৩ |
| মুরাপালি পুঙ্মায়োল অসিদা<br>করি করম্বা লাইনিঙ, লিচৎ। | ১৯ |
| মালেমদা তাইবঙ, মী অমা ওইবনা<br>চৎকদোবা লিচৎ শচৎ। | ৩৭ |
| মীওইবনা, মী অমা ওইনা<br>ফৎবা, অফ-ফৎতা ( অপক মহৈ )॥ | ৫৪ |

# মঙাং লাইনিঙশীং



## মঙাংগী মতিক ১দি রাহং ॥

ॐ

থাইনা লাহালনোং নোংপাল মীপোক য়াম্নকপা লুরাং কুচুপনা, কাপা কোরো মনোংথো ঙানপা মঙ,লেল কোয়পকি, শ্না মখোঙ,খাতা, সমু মথুং লোজনা পাওহংচখিয়ে ॥

হে যিপদ্রঙঙ্ কুরুম কোরো যিনো,থো তা-অাঅো। লাহালনোং যিয়ু নোংপাল সল,লাই হলপা হোঙ,নেন লৈকোয়পতা, চিঙঙ্ মশক অরেগ্ননা ফাওরাপা নঙাং কুরুমলেল,না মালেম তাইপঙ, পালপা প্মেনামা অসিপদ্ যেযরোইরকভৌকি বাবম অয়ামপাপুং, নমু পোঙ, রোইপাকি য়ামুফা মথোই তোংনাপা, চিঙঙ্ লাইনিঙলেল, লমচং র,যেল িঙ,থিপা করমপার্শ,িংপদ্, পাওপক শম-থপিরকপানো ॥

য়িয়ু হোঙ,নেন লকোযপকি কোলেয মপাওহংতা, মঙা, কুরুম অথোরপাকি পাওতাক রারম নিঙ,থিপাপু, কুরুম থোচাল নরলকুতাকিপু না-তাচনি য়ে, হায়না অডম পাওহ চারপতা ॥ কুরুম কোরো মনোংথো, ঙ নপা মঙলেল, কোযপনা থোচাল পদ্কনি, পিনা রাহংলকবে ॥

তা-অাঅো, তা-অা/অা, হে লুরাং কুচুপাঅো, লাহালনো নমু নোপাল সলাইহলপা হোঙ,নেন লৈকোয়পনা, থোইমুম লাইনিঙ,শীং শ্না-মখোঙ, খাতা, মাথ পাওহং রাকি, নঙ কুরুম মপাওতাকপদ্ খিচিক্কা রাহনাপরককে, রদ্লপী পদ্ক্রি পিনা না-তাচাঅো ॥

থাইনা লাহালনো তা, থোইমুম ল,ইপোক অতাংপনা ফাওরকপা, মঙাং কুরুম লাইনিঙ,শীং অথোইপতি, কংলৈ পদ্ঙ,মায়োন নযংয থেংক্রুম চিঙ,কি, কোনদ্রং পল-পালেলেল মাইকৈ লিকলম পাংপরমকি, শিমরি রমেং নি থিপা কোরো নোং লুমপালকি লুপা চুতানাপা, রদ্লপী থোয়না পুকনিং হদ্পতা, ভনলা রদ্পাল সিভপা চোইনো শনা চুভানাপা. নিংখি মথৈ লৈতাপা থোঙ,নাং রদ্পাল চাওথোয়পা, তনলা রদ্পদ্নশী নিংখিলাকি, পামেন রদ্থোঙ,খা অচিকপা, ভিংথো শংথা হেনপান শনা লিকক্ থাকুম, রদ্লপী পদ্কনিং হদ্পাতা পদ্কনিং মদাং কায়না,

হোযপরেল মপারি নমু লুরাং পোঙ,লেল হল,পনচি,না শরাং মেলৈপাতং, হৈয়েন থোই রামপাকা. খুল,চাল লকাপাশদ্রং, মাল,ভিং কুচুপাকা, কমপোঙ, মহারপশদ্রং শাপোক যাযযপা ঙমনামানা, য়োয়পবেল নাকলো-শীন, থোথল থোথোন থোয়না কম-ফমলিঙতো, নমু হোঙ,নেম, লৈফাইপনা ম,লেম ফুপাক লৈফায় তু, শিঙ,লেল, লৈশী লৈথোল থোইনা রাকংচখিয়ে ॥ হে য়িপুঙঙ্ কাপা কোরো মিনোংথো, তাংচা য়িকোকথরী লিক্লাং য়াম্নমক সিতাপ-অো, কুরুম য়ারপিরেল অথোইপা নঙ,কি নংিক লাইচা য়িরেলপদ্ঙ,কুম পদ্পথোইপা, চাংচো ঙমথৈ নাইতপাপদ্, নতিক মথৈ ফংনা কনানা হায়ঙমলাকাপনো ॥

হে য়িপুঙশু কাশা য়ায়নিংথৌ অথোইপা নঙনা চকৌলে কোম্নাচক হাকথক অকোনপা অসিতা, নতায়রেম তাইপঙ, নোংশাপালকি থবাই পম্নমপদু লালপিকে হায়নপকি নোংচেং খি-মরুতা, পলেম পিনাইতা, পঙ্খো পানাইতানা নম্ পোঙশক লৌনা, কোলোই নমিংথোংপদু মঙাং কুরুমলেল থোইয়ুম লাইনিঙশীং অনৌপাঅো কৌনা ফাওপিবক্লাপকা। তাইপঙ, লাইচা তরংলুং ঙমখৈ পানতম নাইতপা অসিতা, থবাই লালনা হিপদু বোইপিকে হায়পাকি, তনলা বদ্পাল সিতাপপদু বোইনা শানফোংপিরক্লাপকা, তাইপঙ, নম্ মোইরিপা থৈপিক্কি য়াবপী থবাই লালনা থৌ,

থবাই ললতানথৌ অশেংপা,

পোংশক অনি শুতাপা শিনফম মঙ্গুং চলপাপদু, হাকথক অকোনপা অসিতা নোংতম শানশেমপিরাপা, হে য়িপদুঙশু নঙকি মা নখোঙথা থমপাল লৈকা মানপা অনিমাপদু, তম্নুম তাচা কোক্তা থোংনা, হলনা হলনা পদ্রুমচারমপানে ॥

কাশা কোবৌ য়িনো থৌ, মচি ললমক অথোইপা, চোইনা শনচিঙকুন মালেম লৈতুপা নঙনা, তাইপঙ, নোংশাপালতা থবাই নিংশা পাললিপা থৈপিককি নাংলু ফিযালপা, থোইচি মিকা হুলনা নাংরা মোমচেললিপা গৈপিকতা, পাংকল চৈশা রোইপিরিপা, তাইপঙ, লৈরেললনোংলোল, ১৪মকি, কাশা যায়নিথৌ। হি মক যায়কোনদুংকি মিবেল থা ময়োন কুমপাঅো, নতাইরেম তাইপঙ, থবাই পুমনামাকি য়ায়পী তোননৌরি, থোইগাংহি মশান থুমথোইপপু নোতম শানশেমপিতুনা থবাই নিংশা পাললিপা থৈপিককি থমোই লৈকানুতা, থৌচাল শিলপা থুনা লৈপিরিযে হায়পকি কোনলোই নমি থোংপু, মঙাং কুরুমলেল, থোইয়ুম লাইনিঙশীং অনৌপাঅো কৌনবিযে ॥ তাইপঙ, লৈরোল-নোংলোল ১৪ মকি বারম পুমনমপু, হে য়িপুঙশু কাশা য়ায়নি থৌ অথোইপা নঙাক, সমু মাংতা থানা থঙলিপা মশেলনে ।।

তাইপঙ, নোংশাপাল, কেরো নোং-মথা মালেম লৈমাইংক অসিতা, লাহালনোং চিঙগু নোংতম মঙ্খায়েনতাকি থোইয়ুম মালেম লৈশেমপা চিঙশু অসিপনা, তাইপঙ, নোংশাপাল অসিপু শানশেম লাপতা, নম্ পোঙপা-চানচিনা থবাই মশক যাম্না লৈরিপা অসি থৈপকপদু, মতো বরম তৌনা শানশেমপপনো ॥

লৈশক ফৈতেম মশাংল কঙমতনা মালেম লৈনিথোংপদু পাঙলা, ফৈতোম লৈপাক লিংলিপা অসি থৈপিকপ, লৈপাক নিংথৌ পালপাকি, থোইয়ুম লাইনিঙ, মহোশা, শাকৈ হৌনা গবমচংশুং, তাইপঙ, মীপোক যায়ফাপা, মী মরু অথোইপশাংকি থোইয়ুম লাইনিঙ মরমচংনচিনা, বায়েল লমচং পুমনামপু মালেম তাইপঙ, পালপা পদ্মনামকি, ফৈতোম লৈপাক তু ঙাল থয়েনা লৈরিপা অসি থৈপিকতা, মতৌ করম তৌনা নোংতমপিরকপানো ॥ বারম অসি থৈপকপ, হে য়িপদুঙশু কুরুম অথোইপাঅো, থৌচাল মরলকুতাকি না-তাচানিয়ে বারম ফিরোল নাইতনা পাওতাকপিঅো

হায়না মালেম লৈতা-ত্তু, চাংচৌ চেপ্পা রাকংচারাপতা। চিঙঙ্গু মপাবোল অরেপ্পনা ফাওরাপা, মঙাং কুরুমলেল খোইয়ুম লাইনিঙথৌ অনৌপনা, লুরাং পোংলেল হলপা হোঙনেম লৈকোয়পকি কোলোয় মপাওহং, থোখল য়াথং অশেংপপু রুলপী পদ্ক্লিং পিনা না-ন্তারপত্তা, থোচাল পক্লিং পিনা, য়াথং চৈরোইননা পাওমেনপিবকযে ॥

হে হোঙনেম লুরাং নিংথৌ নোংপাল সলাই হলপাজো, নঙকি কোলোই নপাওহং অসিপদু মঙাং ঐনা চিঙঙদু নোংতম মরায়েলতকি, মালেম লৈশেমলাপকা, তাইপঙ, নমু পোঙ, শেম-লকপকি মতিক অরুপাপু পানতম নপা খচিকতাপদু, লুরাং নঙজোনতা রাহমপিরক্কে। রুলপী পদ্নিং পিনা না-ন্তাচা-জো ॥ ✻ ॥ ✻ ॥ ✻ ॥

লৈশেম্মা, নোংশেম্মা ১ দি
নমু তাইঙ, মী থোকলকপা

✻

১। থাইনা নাহাননোং চিঙঙ্গু তাইপঙ, মপুরেল,
খোইয়ুম কুকম সিতপা হয়ি মপুরেলতাকি ॥

মতম নোংশাংলবা, চহি কয়ামরুমগী নমাংগী মতমদা, অমাতা নঙাইবা পদ্মনাভককি মপদু, খোইয়ুম লাই হায়বা, লৈরিবা পদ্মনাভক মপদু মাগী মশাদগী ওইরিবা, পদ্মো পা-গী পান্দম ওইবা, অশিবা (নোংমনবা) ওইবা থোরমবু তাইবঙ, মপু ওইবা মাগী মকমদা ওইদ্রবা (লৈতবা) পদ্মনাভককী মপদুরেল ওইবা ॥

২। খোইয়ুম মালেম লৈশেমলকপা চিঙঙ্গু অসিপা লাইয়িংথৌনা
তাইপঙ, নোংশাপাল অসিপদু চোয়নৌ মচিঙনা-চিংনা ॥

খোইরুম মাগী মশাদগী থুমগাইদুনা (থুগাইদুনা) শিদোকরকঙৈগী অসিবা ( শমাসহি ) কোৎনা চিঙঙু খোইরুম লাইয়িংথো, লাইগী নিংথৌনা। তাইবঙ, মালেম থক অসিদা অলৈ অচৌবা চিঙ নচিংবা, মশক মওং তোংঙালবা কয়ামরুম শেম শাদুনা ।।

৩ ⎡ মালেম লৈশেমলা কোরৌ নোংহৌরাপকা পরিং
⎣ লাংলং হল, ফৈতোম ওমথৈ হ্লাং, চিঙমু চিঙ চাও থোকনা ।।

মালেম লৈপাক লৈশেমলকঙৈদি, কোরৌ নোংথৌ অহাংবা অতিঙা অসিগা, পবিং পাশেই মাইনাহলদনা থম লাবগা, মালেম লৈমাইথক্তা কাতুপ-কাতুপ য়াংকুম, লৈপন্ঙ, চিঙ, অচৌ অচৌবা থোল কলকঙৈ ।।

৪ | লৈপাক ফৈতোম মরোল হ্লামপাপু শানশেশাপকা,
| চিঙঙু কুরুম নামুংপানা, তাইপঙ, নম্ন পোঙলিং চকপু হোইশিল্লকপতা ।।

লৈপাকী মওং অকুং অতোং, পরিং ফৈদোম কয়ামরুম থোকপা শেমলাবদা, খোইয়ুম লাই ওইবা, লৈরিবা পমুমক মাগী মশাদগী ওইবা, মমিং মথা মশক মওং অসিনি হায়না শিংথাফম থঙদ্রবা, পমনামককি মপদ্ শনৌ ওইবা মানা, তাইবঙ, মীওইবা হায়না থঙনরিবা অসিবু ওইরক্লবা ( পমুথোক্লবা ) চক মতমবু ওইরক্লবদা ।।

৫ | খোইয়ুম মপারি, চিঙঙু মালেম লৈশেমপাতা হাহমথারকয়ে।
| হে য়িপারি মালেম লৈশেমপাত্তো, খোইয়ুম লাইকি চক মমৈ হইনা ।।

তেংপানবা পমামককি মপদ্ ওইবনা, মচানিপা অহল অসিবা কোবা লৈশেম নোংশেম্বা লাইদা হা-হায়বকলে, ( পাওমেনলকলে )। তাবিবরা ইপাগী ইবুংঙো মালেম লৈশেম্বা অো, খোইয়ুম লাই ওইবগীশীংগী চক ( যুক ) মতমবু মমৈ ওইনা হইশিলনা লোইশিল-লক্লবগী ।।

৬ হরিচক অহানপা নমু পোঙলিংচকপু য়োইরগে,
তাইপঙ, থুনলিংনবদগী নমু পোঙ শেমলাজো হায়বা পাওখেন লাপকি ॥

হরিচক অহানবগী মতম ওইরক্লবনা, নমু তাইবঙ, মীওইববু পুথোক্লবগী মতম ওইরকলে। তাইবঙ, মী শেমখ্রনা, কাংলুপ কুরুপ নায়না থুনলিংনবগীদমক, তাইবঙ, নমু মীওইববু শেমলারো হায়না হেংপালবা মপন্না রা-হায়রক্লবদা ॥

৭ । খোইয়ুম অসিপাতি মপল য়াথং লুতা থোনো
তাইপঙ, নমু পোঙ, লিংলাকে হায়পাকি, চিঙঙ
লাইয়ংখৌ খোইয়ুম মাইকে ঙাকপা ৮ মপু ॥

হেংপনবা মপন্নগী মশাবু শিদোর্কাংঙৈগী, অসিবা কোবা লাইরিংথৌমা, মপল পন্থোগী থোদা থোশিংথালন্ন মাকাক থক্তা তাপ্না, নমু তাইবঙ, মীওইববু শেমলাগে (পুথোকলগে) হায়বগী, অহানবা মক্তাদা মাইগে ঙাকপা খোইয়ুম লাই নিপালমাপন্ন ॥

৮ । নমু পোঙ, লকোলতা কুমহাল, লাপকা মাইকৈ ৮ মাতা
চুপ-শেল রোইনা ঙাকচাহল, লে, হায়তাপরা ॥

নমু মীওইবনা থোঙদা লৈতাগদৌরিবা মালেম যমপাকথক অসিদা, তরং অতিংঙা নোংথোদগী কুমহল হুন্না, চুক য়ুংনা পল থাবগী মতমগুম, পায়থংলকদৌবিবা থবক থৌরম অসিদা, অকাই-অংঙাই থোকতনবা মাইকৈ নিপালদা ঙাক শেন্না লৈহললে, হায়তাপবা ॥

৯ । চিংঙ মালেম লৈশেমপা খোইয়ুম অসিপতি, মপল কুরুম
সিতপকি ময়াথংপু লুতা থোংনা, তাইপঙ, পোঙ লিংনপা ॥

লাইহিংথৌ কোরৌ মালেম লৈশেম্বা চিঙঙু অসিগী কৌবদা মপল পলথোকপী ময়াথংদু মকোক থক্তা থাপনা (থোক্লা-) নমু তাইবঙ মীওইবসু ওইনানবা থোরাহনলকপদা ॥

১০ | নমু পোঙশেমপাপু, পোঙশক তরেপপাপু, হোইঙমতাতুনা
থবাই মশক অয়ামপাপু, হলনা-হলনা মহোইথিরাগনি ॥

নমু তাইবঙ মীওইবনি হায়না লৌবাবু, নমু তাইবঙ মীওইবগী মশক মওংবু ওইদহনা, থবাই পানবা মশক মওং তোঙান-তোঙানবা কয়ামরম, হলনা-হলনা ওইখিরাপদা। (নমু মাওইবগী মশক মওংবু পুথোকপা ঙমদ্রবদা) ॥

১১ | খোইয়ুম মালেম লৈসেমপা চিঙঙু অসিপাতি,
মপল কুরুম নাকুংথাকি মা মথোঙ থাতা
সমু মখুং লোকনা রাকংচখিয়ে ॥

চিঙঙু খোইয়ুম লাইহিংথৌ মালেম লৈপাক লৈশেমপাতি, মপল পন্থৌ, মশক মওং মমিং অসিনি হায়না শিংথাকপা থঙদ্রবগী মথোঙ থাদা সমু মখুং লোলনা লৈশি লৈথোক্লুনা রাকংচাখিয়ে ॥

১২ | হে য়িপুঙঙু, নোংলাং য়ায়পিরেলকি চিঙঙু কুরুম সিতাপাজো
নতাইরেম ঐনা চিঙঙু নোংতম নরায়েলতাকি নমু পোঙ
শেমচাপপু, পোঙশক তরেপপাপু হোইঙমতাতুনা, থবাই
মশক অয়ামপাপু ঙমনা শানরোনখিরে ॥

হে তেংবালবগী মপু, অমবাবু নফম মগীবেল ওইবা নঙনা, নতিক নংয়না নঙাল নাশা চাংনা তরংদা অঙান মশক ওইনা শানকোংলকুনা, চিঙঙু খোইয়ুম লাইশীংবু থোজল ললকুবিবা সিদাবগো। নঙগী পাংতোক থোদা মতুং ইমা, নচানা নমু তাইবঙ মীনি হায়না শেম-শাজরবদু, নমু তাইবঙ মী হায়বা অহু ওইবা ঙমদনা, মশক মওং তোংঙান-তোংঙান থবাই মশক অয়াম্বাবু হলনা-হলনা মওইখিরে ॥

১৩ মতৌ করম তোমা নমু মীকি মশক অরেলপাদ্, য়োইহজসিপানো।
হায়না মাকংচেনদ্, মপল কুরুম সিঙপাম্বা পাওমেন্‌লকরে ॥

করি করম্বা হিরম থোরম পাংথোক্লবগা, নমু তাইবঙ, মীওইবগী মশক মওং ওইগদবনো, হায়না রাকংতুনা পাওতাকচাববু॥ পুন্নামকপু থোজাল ললকুবিরিবা তেংপাংলবগী মপু, মপল পন্থৌ সিদবনা পাওতাকপিরকরে।

১৪ হে স্নিপারি মালেম লৈশেমপাঙ্গো, তাইপঙ, পোওনক অরেপপাপু
য়োইহনমনাপা, মপল থৈক্রি চিঙঙ্, য়িমি মপাল তম্, থোইদ্রম
সমু য়িহাকশাংকি শকরোং মতম লৌনা শানশেমচারুম্বো॥

হে পারি ইবুংঙো মালেম লৈপাক লৈশেম্বা-অো, নমু তাইবঙ মী হায়বা অদুগী, অরেপ্পা মশক মওং অদু ওইগদৌবা, থরাম্না চঙনা লৈগদৌবা মশক অদুদি, পুমনামকপু থোজাল পিবিবা ওইবা, নপা পটৌ এহাকি ইমি অসিবু যেংনা মালনা, মওং লৌনা, ইশক তমনা শাজারুম্বো॥

১৫ তাইপঙ, নমু পোওশক অতাংপাপু লেপ্পা য়োইহমলাঙেনে,
হায়না অতম থোচাল ললকুপিরক-লাপতা॥

নমু তাইবঙ, মীওইবা ওইবা অতাংবা মশক মওং অদু শোয়দানমক্ ওইরগানবনে। হায়না তেংপানবা মপুনা পাংতোকপিরক্লবদা॥

১৬ খোইয়ুম মপারি চিঙঙ্ অসিপাতি, মপল মাথং লুতা থোংনা
হুনবাইরক্লাপকি, অনৌপা মপল বুরুম নামুংপাকি চিঙঙ্,
মিরেল মশক লাক, শকরোং মতম লৌনা শানশেমচাপপ্,
নমু পোওশক অতাংপাপ্, লেপ্পমক মওইরকলে হায়তাপরা॥

থোইয়ুম তেংপালবা মপুগী মচা অহল অসিপা লাইয়িংথৌনা, মপল পন্থৌ মাগী মপাওতাকপ্, মকোক থক্তা থোংনা মালেম লৈমাই থক্তা হললক্লাবগা, অমুক ইনৌ নৌনা, মপল পন্থৌ সিদবগী মশক মওং মমি লাক্লা তম্লা শেমজা শাজববু নমু তাইবঙ, মীগী অতাংবা মশক মওং ওইনা লেপলবদে (ওইরকলে) হায়দবরা॥

তাইবঙ, খীনে হাল্লনা শাবদগী, অয়োইবা অকোনবা, অঙাং নাওরা ওইবা, মী অপিকপা, ময়াং কংবা মী মহাক্তা মকম মকম চানা খোইয়ুমশীংগী মতিক ময়াম কয়াশীং কমকম শিচ্না ঠোক্লে,লাকলা। হকচাং শিজুল চুলনা, মিজুল অয়াম্বা থৈবিকপদ মথো মঙম পাংথোক্লদুনা হাইবা হবা, লেহ ওংপা হোরকলে ॥

২১ পুক্রিং নাওয়াম মচু নিপালমানাচিংনা, চৌথীং পাংকদা
পুমনামক্তং, মিৎয়েং নাওওম্বা, খোমলেল তুমকুনপা,
নোংঙান মিৎকপ থোকপনচিংনা ॥

অঙম্বা ওইবা তাইবঙ, মাওইবা অসিদা ,পুকনিং মথল নিপাল গুনা হিংজবা ঙমনাবা নোংদম্বীরকলে।
তূপ, য়াহোবা, লৌশীং ইকাইবা অকিবা, কপীং-নোক্লীংবা, অরাম-খোরাং, অসিনচিংবা পুমনামকপদ ঙনা নোংদ ীরকলে ।

২২ খোন,চেন য়ায়পিরেল সিতাপগুং পেঙ,পু নমু মীহকচাংতা
খোইচেং পাংশোই নাইতনা নোংতম শানশেমশিরাপতা
নমু মীওই চঙ,খোনপা, নমু পোঙ,পুম মাপল গুনা
শানসেম য়োয়রোইরকলে হায়রাপরা ॥

অঙা, নাওরা অপিকপা, ময়াং কংবা তাইবঙ, মীওইবদা, খোঙেল খোংদোক সিদবু অরাংপা অথাকপা থমদনা নোংদমলাবা, তাইবঙ, মীওই অথোয়বা, মীওই মাপল গুনা শেম শানা খোরাংরকলে হায়তাবরা ॥

২৩ নমু কোলোই মখিংথোংগুং, চিঙঙ, মিরেল মশক
লৌনা শানশেমশিরকলে হায়পকি মী-গো ত্তৌনা
কৌয়ে, হে লুরাং পোঙ,লেল হলপা-গো ॥

অসিগুম্বা নমু মীওইবা অদুগী মথিংবু, তেংপালবা মশাগী মশক মমি তন্না লেম শান্না ওইরকপা মওংনি, পকতমনি হায়বগী' মি-অমা তৌনা কৌয়ে। হে নুবাং মীপোক অথোয়বাসো ॥

২৪
> মতৌ অতম তৌনা শানলেমলাপতা, চিঙঙু নোংতম
> হুনপানা, পোঙখ্রু নমু পোঙপুম মাপল-মাপু
> হয়িচক অহানপা নমু পোঙলিং চকতা ॥

মতৌ অতম্না শেম শায়বা, অপিকপা নাওবা অঙাং নমু তাইবঙ মীওই মাপলমাখু। অহানবা চক, তাইবঙ মীওইবনা মশক মওং লেপ্পা, চক মতম হয়িচক্তা ॥

২৫
> তাইপঙ নমু পোঙ লিংনাপপু চোয়নৌ ময়চিঙকি
> মায়কৈ ফেতোম খা থাংপরমতা কুমহৈলকলে ॥

তাইবঙ নমু মীওইববু নুংঙাই য়ায়ফানা থুনতা লৈতাহনলনাবগীদমক, থোয়দোক হেন্দোকপা অথোয়পা চিঙলেন, চিঙজাও, ময়চিঙ চিঙগী মায়কৈ থা থংবা রোমদা, লাইয়িংথৌ অসিবানা কুমংহন্নকলে ॥

২৬
> পোঙখ্রু নমু পোঙপুম মাপলমাতি, চিঙঙু
> মরায়েননা, চোইনা ময়চিঙকি মচুম
> লিক্লা শিন্থানকপা, মালেম লৈরিক
> লৈহাও অথুমপাপু চারাপকা ॥

অপিকপা ময়াং কংবা, নাওবা মতম ওইরিবা নমু মীওই মাপলমাতি, লাইয়ি পৌ সিদবগী মরায়েন ওইনা অথোয়বা চিঙলেন চিঙজাও ময়চিঙদগী চেপ্পাবকপা লাইজ ঈশবু থক্না, মালেম লৈপাক অথুমপাপু চাচবাপকা ॥

২৭
> মরাল য়িমন্নাই তমনা য়াংকোয়পপু, মতম নোংশাং কুইনা
> চাহৈ অক লাখা তরা শুনা হৌখিরপতা ॥

মাগী মাগী কাঙ্‌লুপ ফুরুপ লিংনানা, মালেম থক্তা লৈত্তা থুনত্তারকপনা চহি মতম থুংশানা লৈরক্লবদা, নমু তাইবঙ্‌, মীওইবশীংগী চাদা নাওদা অচুশীংদা, লিখিবা মথেৎ লিখ্রবা, পোকলকপা মথেন্দ্র পোক্লক্লিবনা, মীরোন মথং-মথং শমখারকপনা, চহি মতমবু অক লাখা তরা ওনা হৌখিরাপতা ॥

২৮ নমু মীয়াম পোক্লা য়ামশিন্‌লক্লপকি, তাইপঙ্‌, নমু পোঙ্‌পাচা
পুমনাযতি, লৈপাক ফেত্তোম তোম্বা খাম্লনা মালেম থুন্‌লিংনখিপাপু,
লৈপাক মশীং থিঙম্‌তনা য়ামশিন্‌লকনে হায়তপারা ॥

নমু তাইবঙ্‌, মীওইববু, মথং মথং পোকলক্‌পনা য়ামশিন লক্লাবগী, মীওইবশীংনা কাংলুপ ফুরুপ লিংনখ্রুনা, মাগী মাগী মবমদম মরোপাকপু থঙ্‌নানা মালেম থক অসিদা থুন্‌লিনোরকপাপু, লৈপাক মশীং থিঙমদনা য়ামশিন্‌লকাল হায়দবরা ॥

২৯ লাহালনোং চিঙঙ্‌ মালেম লৈশেমপা খোইয়ুম অসিগা
লাইয়িংথৌনা, মালেম তাইপঙ্‌, পালপতা, চোয়নৌ
ঙাচিঙ্‌, গায়কৈ থা-থংপারমকি ॥

অতুঙৈ, লাইয়িংথৌ কোরৌ মালেম লৈশেন্থা তেংপালবা মপুগী হকচাংবু পুমগাইহনা (পুগাইহনা) শিনোক্‌লক্‌পা, অসিবা কোবা লাইয়িংথৌনা, মালেম লৈমাইথক অসিদা অথোরবা চিঙ্‌লেন চিঙ্‌চাও ওইরিবা শনচিঙ্‌, চিঙ্‌গী মাইগৈ থা থংবা লময়মদা ॥

৩০ লৈপাক ফৈতোম চাওকোই, মরাকলেন্‌পু খোইয়ুম,
লাইকি বাংলেন, লাখা মথে ৫৫০ পাক্লা চাওরিপা
অসিপু মালেম ঙমখৈ য়াৎনা ॥

মালেম পুঙ্‌মায়োনগী লৈমাইথক অসিবু, খোইয়ুম লাই ওইবশীংগী বাংলেন পুংজা লাখা চাযঙা য়াংথৈ পাক চাওরিবা লমদম অসিদা, লৈপাকপু পনথৈ-পনথৈ লাইনা য়াৎতুনা (খোয়াংহনা) ॥

৩১ লৈপাক ফ্রেতোম কাখল মরোল য়াম্না শামশেমশিরমশা
খৈশিকপু। ফ্রেতোম কাখল হাঙ্তনা
লৈপাক নিংথৌ পালতুনা, মালেম খুলশিংনরকপগু।
লৈপাক মমিং পল, নিংথৌ মশীং লাকা, কনা থিঙমকাপনো ॥

মালেম লৈমাইথক অসিদা, লৈপাক মথল মথল কয়ামরুম তোংঙান তোংঙানবা মওং মশক অমা-মমত্তুম, কাখল খম্না খম্না, ফৈদোম ফৈদোম নাইনা থম্বাগুম থোরাশিবা (শেম্নীবিবা) থোকিবত্তা, মালেম লৈপাকপু তোংঙান-তোংঙনবগী মওংদা নিংথৌ অমানম পালহন্দুনা, খুলপন্ না পি হায়বা, নিংথৌ মীওই কয়মরুম লৈরিববু, নিংথৌ মশিং থানা কনানা থিঙ-লাকাপনো ॥

৩২ অসিগুং মতোমতে, তাইপঙ, নোংশাপাল অসিতা, মালেম
মনমশিল্না লৈরিপা চিঙ্চেল পালসংলা ওপিক অচৌপা
খৈশিকতা ॥

অসিনাও লোয়বা নংতে, মালেম তাইবঙপানবা অসিগী লৈমাই থক্তা লৈবিবা, অচৌ অপিক চিঙ, খৈবিক্লা পল থাবগী মতমগুম লৈরিবশীং অসিদা ॥

৩৩ চিঙ্শাং নাপোম কোল, কৌপা চিঙ্লেল নাকপাক লোইনা
খুলতারিলা লোইপী হাওকি শাকৈগুং, খুলকং মরুপ
তৈনা তৈনা শিংশিপাপ্ন ॥

চিঙ্শাং চিঙ্জাওশীংগী নাপোমদা খুলতাবিবা, অমদি কৌক্র কৌবা চিঙ্গী নাক য়েং ১ শুং চিঙ্থক্তা খুলশিংশিবা য়েলহৌগী মীওইশীং কয়ানা, মাগী-মাগী শাকে ফুরুপ তোংঙান-তোংঙান শিংনানা খুলগাং অমাগা অমাগা চংনারোল মান্নাদনা লৈরিবা কয়ামরুমবু ॥

৩৪ অক মশীং থিঙমতাপা মপাং লাখা-লাখা কয়ামরমপ্ন
য়াম্না লৈরিয়ে। তাইপঙ, নমু পোঙ্শচা লৈপাক খুলমকং
মশীং থিঙমতানা লৈরিপা অসি খৈশিকপ্ন ॥

অশুক য়াম্মী হায়না মশীং পনবা ঙমদবমখে য়াম্না লৈরিবা, তাইবঙ্, নমু পোঙ্বচা খেখিকফি খূলকংবু মশীং খিবা ঙমদবা মখে লৈরিবা অসিবু ॥

৩৫ চিঙঙ্, নোংতম মন্নায়েলনা ফ্রেতোম লৈপাক খ্বতিংপ্,
চৈরে ঘিশেৎ তৈনা, কোলোই য়াথং মিরোল তিন্নাতা,
হৌনা লমচৎ মখল নাই, খোইয়ুম লাইনিঙ্ মরমচৎঙং
বায়েল লমচৎ তুংঙান খায়না নোংতমপিরময়ে, হে লুবাং
হোঙ্নেম লৈকোইপাও ॥

পুন্নামকপ্ নোংদম শানশেন্নীবা মপুনা, মাগী মাগী মরৈপাক মরমদম্নি হায়না থম্না লৈনাহ্নলা লৈতা খূলতানবিবা, তাইবঙ্, মীওইবশীংবু, অমাগা অমাগা ফিশেৎ মাম্নাদ, লোলগী খোম্লোক বাহৈ বাতাও মান্নহন্দা, লমচৎ বায়েল লাইনিঙ্বুও তোংঙান-তোংঙান খাইদ্রনা নোংশি নোংদন্নীরিয়ে,, হে লুবাং লৈকোযবা ও ॥

৩৬ হে লুবাং হোংনেম লৈকোয়পা নঙপু লৈপাক ফ্রেতোম
খুতিংকী শাকৈ হৌনা মরমচৎপ্, হাকথক মতম খুতিংকি
বায়েল লাইনিঙ্, কাইহলতানা লাইনিঙ্ নারকয়ে ॥

হে লুবা, হোংনেম লৈকোয়বা নঙ্বু তাওও। মালেম কমপাক থক অসিদা, মাগী মাগী মরৈপাক্নি থননানা লৈতা খূলতানরিবা ঙম্নামকি শাকৈ মরুপ ফুরুপ খুদিংগী মরমচৎ, চৎনবি অমামম্বু ওইনা চৎনবিবা ফুরুপশীংনা, মাগী মাগী হোরকঙেগী চৎনা লোনচৎ, বায়েন লাইনিঙ্বু ঙাক্না চৎনরিবা মশেলনে ॥

৩৭ নমু মীপোক য়ায়ফপা, মী মরু থবাই চঙ্খোনপা,
বুলপী পুক্রিং শেংনা খোইয়ুম লাইনিঙ্ চেৎপশীংতি
লাইনিঙ্ মহৈ পালনা ॥

অশম্না ওইবা মীওইপোকশীংগী মরক্তগী, মী অথোয়বা ওইবাবা, য়ায়পী থবাইবু থঙ্না, থবাই ওইববু ঙাকপা ঙমলাবা মী, খোইয়ুম লাইগী মতিক ময়ায়বদ্ পদ্ক্রিং চংখোলনা থঙলাবা মাওইশীংদি, খোইয়ুম লাইগী থোজাল ফংলাবনি ॥

৩৮
তাইপঙ্‌ নোংশাপালকি তরুম লাইচা ফ্লিপাক-লেজ
ঙমখৈ পান্‌তম নাইতপা ফ্লিয়ে চাওকোইনুং
অসিতাকি, লাইচা ফ্লিরাংমা লাল্‌না ॥

লাইজ ঈশীং ঈপাক, ঈবেল নতমগুম্বা তেংপাল চাওকোইদ্রুং, অরোইবা ঙমখৈ অসিনি হায়বা, ঙমখৈ খঙ্‌দবমখৈ পাকচাওরিবা তবং অহাংবা, পনখৈ অসিবু রাংমা লাহোক্‌লবগা ॥

৩৯
ফমগী অমক্‌পাপু লৈতপা খুফম অথোইপপু
লেপ্পা তানফংচক্লইয়ে, বারম অসিকি-তামক,
তাইপঙ্‌ নোংলাপাল অসিস্তা, নমু মীপু রোইনা
পোক্লাদ্রিপকি মতিক অথোইপস্‌, কনা হায়ঙম্‌লাকপনো ॥

হি য়ায়ঙনা লৈত্তেংলবা, তেংপালবা মপ্‌গী মফমলেল, অথোইবা লমলেলবু লেপনমক রাইথুং-নক্লইয়ে। অশ্‌মনা ওইবা থৌরম অসি লৈবনা, অমম অঙাল লেৎশিল-ননা মতম শকলোল লৌরিবা (ওইরিবা) মালেম ফমপাক-থক অসিদা, নমু তাইবঙ্‌ মীওইপোক ওইনা পোক্লাবিবা, মীওইবশীং মপোক মরাইবক ফবা মপেক অসিবু, কনাগুম্বশীংনা তেংথাবদা, মপুং ফাবা ঙমলাগবনো ॥

৪০
থোইর্দ্রম লাইনচিংনা থরাই ওইপা খৈপিক্‌নাগুং
নমু মীপোক অথোইপা অসিপ্‌, পঙ্‌না তানফংচঙম্‌তাপনে
হায়পাপ্‌, বারম তাংনা খঙ্‌চৌজো ॥

অগুমনা ওইবা তাইবঙ্‌ মীওইবগী মপোক য়ায়ফবা মপোক অসিবু, থোইদ্রম লাই হায়না খঙ্‌নরিবা খৈবিক্লাপ্‌, পংনা ফংবা ঙমলারোইদোবা, তাইবঙ্‌ মীওইবগী মপোক অথোইবনে হায়ববু তাংনা খঙ্‌জোও ॥

৪১
তাইপঙ্‌ নোংলাপাল অসিকি, মালেম মনমশিলনা
লৈরিপা নমু পোংপাচা পুমনামা অসিপ্‌, থরাই
মশক অক লাখা মপে কয়ামরম শ্যামজিলাপু,

অমম অঙাল লেংশিন্নাফম ওইরিবা, ভেংগালবা মালেম ফমপাকথক অসিদা, শিনবা থুংনা লৈরিবা, নমূ তাইবঙ, মীওইবা হায়বা মশক্কী থবাই অমাম্মশীং অসিনা, পন্নেলপা পনশিনলাবগা অক লাথা কয়ামবমমূ য়াম্নীববুঙ।

৪২

> নমূ পোঙ্‌পা চাপ্‌ নৎতপা, অপকমা থবাই
> মশক তোইরিপশীংনা, শরুক মপৈ খিঙমতনা,
> মপৈ কয়ামরমশ্‌ হেন্না য়ামলিপানে ॥

তাইবঙ, নমূ পোঙ্‌বচাব্‌ নংতবা, অতোপ-অতোপ্পা থবাই মশক তোংঙানবশ্মী শকতম ওইরিকশীংনা, মীওইবশীংদগীব্‌ শরুক মপৈ কয়ামরুম য়ামখিবনা, তাইবঙ, মাওইবশীংগী থবাই মশীংদগী, অতোপ্পা শকতমগী থবাই মশীংনা, শরুক মপৈ কয়ামরুম হেন্না য়ান্না লৈরিবা, তাইবঙ, নোংশাপানবনে ॥

৪৩

> হে লুরাং সলাই হলপাঅো, নঙগ্‌ রুলপী পুক্লিং
> পিনা না-ভাচাঅো। মালেম তাইপঙ, পালপা
> তসিতা, অভিংঙা কোরৌ নোংলোল পাইনা
> লৈরিপা, চেক্লা পোলপী মশক রোইরিপা পুমনামক্তং ॥

হে লুরাং সলাইগী পিবা ওইবাঅো, নঙব্‌ পুক্লিং চঙনা ভাজোঅো, ভেংপালবা মালেম ফমপাকথক অসিগী, অহাংবা কোরৌ নোংলোন্দা মাশা থপ্পা পাইরিবশীং, চেক্লা উচেকী কাংলুপ ওইবিবশীং ভগ্নামশ্‌ং ॥

৪৪

> খোইগী খোইরেমচিংনা থবাই অসি থৈপিক্লা, তাইপঙ,
> নমূ পোঙ্‌পা চাতকিপ্‌ শরুক মপৈ কযামরুম খোইরিয়ে ॥

মশা থাপ্পা পাইরিবা খোইবী খোইরেলনচিংবগী থবাই মশক ওইরিবা অসি পন্নামক্লা, ফুরুপ কাংলুপ মপৈ শরুক অমা ওইরাবগা, নমূ তাইবঙ, মী মথৈনা মপৈ শরুক অমা ওইরবগা, থবাই মশীং চাংদমনবদা, চেক্লা শীংদা চলবনা শরুক কয়ামরুম খোইনা য়ামলিয়ে ॥

৪৫

> মালেম তমপাক লৈনেমথক্তা সমু মখোঙ, মরিনা য়াংকোইরিপা
> লাংকোই শাকোল শামুনচিংনা, য়াওরৌ শা বোইরিপ্পা শারেল
> মশীং খিঙমতাপা থৈপিকক্তং ॥

মালেম লৈপাক অসিগী লৈমাইথক্তা, মখোঙ্ মরিনা লেং-ওংনা চৎলিবা শালোন শাম্, চাওরো লা ওইবশীং মশক মওং মাময়দবা, শাগী কাংলুপ কয়ামরুম মশীং থিঙজনা লৈরিবা থৈবিকতং ॥

৪৬ মালেম লৈরোল চঙ্না য়াংকোইরিপা, চিঙ্লাই তমলাই
হংকোক নাল্লিনাচিংনা, তাংচা জি.ন, মখোয় অসি
থৈপিক, অমদি, বাহি মুনু ককচেং খোইয়া ॥

অমাদি, মালেম লৈথুনলুংতা থবাই মশক অমামম্, ৎইনা হিংলুনা লৈরিবা, চিঙ্লাই তমলাই, হংকোক নাগিল, লিল, বাহি মুমু ককচেং খোইয়া কয়ামরুম লৈরিবা অসি থৈবিকতং ॥

৪৭ তিনপী তিনথোক, তিনখোঙ লাইত্রানচিংপা তিনপী
মশক অয়ামপা অসি থৈপিক্রা, তাইপঙ্ নমু পোঙ্পাচাতকিপু,
মশীং কয়ামরুম থোইনা য়ামলিপানে ॥

তিনপী তিনথোক্লচিংনা মালেম লৈথুনতা চঙ্না হিংলিবা, তিনপী মশক ওইবা কয়ামরুম অসিনা, তাইবঙ্ মীওইবা য়ায়না থঙ্নাবা মশক মওং অসিদগীবু, শরুক কয়ামরুমবু য়াম্বা েনবনা মশীং থিবা ঙমদবমখৈ থোইনা য়ামলিবা থবাই মশক ওইবনে ॥

৪৮ অসিগুং মতোমতে, মালেম তাইপঙ্ পালপা অসিকি
তরাং লাইচা য়িপাকলেল অচৌপনাচিংপা, তুরেল
লাইচা য়িরম চেনপানচিংনা, তুখুল অপিক অচৌপা
থৈপিকতং ॥

অসিনাগুং লোয়বা নংতে, তাইবঙ্ পানবগী মালেম থক্তা, ঙমখৈ পানতম নাইতপা তরাং ইপাক ইচাও ইরেলশীংদা, ১দি ইচেল নাইবা নাইদবা তু-খোং অচৌ অপিক, তুরেল তুখুন ঙমনামকি ॥

৪৯ মালেম মনমশিল্না লৈরিপা পাৎলেল অচৌপা
কোলফম অওপ্পা, পাৎতোল কোমতোল অসি
থৈপিকক্কি লাইচা য়িরোননুংতা মরান য়াংকোইরিপা ॥

লৈবাক লৈবাক খুদিংদা শিনবা থুংনা লৈরিবা পাৎ কোম অচৌ অচৌবা অমাদি, চিঙ্গী অওকপা লোক, ১ শুং পাংখি কোমথিনচিংবা অসি থৈবিকি ইরোননুংদা ( মনুংদা ) মমুম লৈফম ওইনা হিংলুনা লৈরিবা থবাই মশক কয়াশীং ॥

৫০ ঙা কিয়োং লাইরেনাচিংবা, ঙাগী ঙাক্লম শারেং
ঙারেলনাচিংগা পুমনামাক্তং, থবাই মশক য়াম্না লৈরিপগু
মতিক কনানা হায়ঙমলাকপনো, ঙমলোইয়ে ॥

লেমলৈ ঙাগী কাংলুপ, ঙাজাও ঙারেল, ক্লিল, লাইরেল, ঙাগী ঙাক্লম শারেং ঙারেলনাচিংবা ১দি মতিক মশক ওইবা থবাই অপিশক, মশক উনা থঙনা লৈরিবা মখল মখল কয়াসিশীং অসিগী মশক মওং শকতম কয়াশীংগী মশীংবু থিহুনা ১দি থবাই ওইবশীং অসিগী মরমদা কনানা লৈথোবা ঙমলাগবনো, ঙমলারোইদ্রে ॥

৫১ তাইপঙ নোংশাপালকি কোরৌ নোংলোল পাইনা লৈরিপা,
মালেম তমপাক থক্তা সমু খোঙনা চৎনা য়াংকোইরিপা,
থবাই মশক অয়াম্পাক্তং ১দি, তাইপঙ নমু পোঙপাচানাচিংবা
থবাই অসি খৈপিকপু শরুক মপৈ অমাতপু ৱোইনা পৈরাপকা ॥

মালেম তাইবঙ, পানবা হয়রহুনা লৈরিবা অসিগী, অতিংঙা কোরৌ অহাংবদা মশা থপ্পা পাইরিবা, থবাই মশক অমামম ওইবা, চেক্লা উচেক্কি কাংলুপ ১দি, মালেম কমপাক থক্তা খোঙদা লৈতানা হিংনরিবা, মমু তাইবঙ, মীওইবনাচিংবা, শা, তিন, কাং, থবাই মশক অয়াম্বা অসি খৈবিকনা শরুক মপৈ অমাতপু ওইনা পুললপ পুন্না পৈরাবগা ॥

৫২ লাইচা য়িরোলনুংকি থবাই পুমনামানা মপৈ শরুক
অমা ওইনা পৈরাপকা, পানতম লাক্লা য়েংলপতা,
লাইচা য়িরোলনুংকি থবাই মশক অয়ামপানা
শরুক মপৈ কয়ামরুমপু থোইনা য়ামলিপানে ॥

লাইজা ঈশীংগী ঈরোলনুংদা, খোঙদা লৈতাহুনা হিংনরিবা থবাই ওইবা মশক মখৈনা শরুক মপৈ অমা ওইনা পৈরাপাকা "মপৈ অমি অসি চাংদমনাহুনা, থবাই ওইবশীংবু মশীং থিনা, করহুনা থবাই মশীং য়াম্না লৈবগে চাংদম্নাবদা। লাইজ ঈরোলনুংদা থবাইনা চঙহুনা লৈবা মতম্তা, শরুক মপৈ কয়ামরুমবু মশীং থিঙমদনা হেন্না য়াম্না থোইরিয়ে ॥

৫৩ মালেম তাইপঙ, পাক্লাবি কোৎনৌ মোংলোংপাল,
মালেম লৈনোমথংক, লাইচা ত্রিজ্রালনুং, অহৌম
অসিতা লৈরিবা, থবাই মশক অয়াম্বা অসি
খৈপিকপু, খোইয়ুম তাইপঙ, মপুরেল লাইকি
লাই খোইকোল্লপাকি, হন্নি মঙাল অয়াবপু, চৌচাল
থিনবা খুংনা লৈরিবা মশেলনে ॥

ভেংপালবা অসিদা, নোংথৌ অহাংবদা পাইরিবা উচেক্কি শীংদা চললিশাং ১দি, মালেম লৈমাইথক্তা খোঙদানা লৈরিশীং, ১৩ং ঈশীংগী ইরোলহুংদা থবাই মশক ওইনা লৈরিবা ঙম্নামকশীং অসিগী য়ায়বী থবাই মশক অমামম ওইরিবাবু, ভেংবানবা মপু অমতা নাঙাইবা লাইগী লাই সিদবা, পম্বো মাগী মঙাল অয়াবনা চঙনা লৈবগীদমক, মশক শকতম অমাম্নম, ওইনা লৈরিবা মশেলনে ॥

৫৪ থবাই মশক অয়াম্বা অসি খৈপিকপু, থবাই নিংশা
পানপা, মিং নাকোং চিন য়া অসি খৈপিককি, নিংথি
নুংঙাই, হয়াও নুংশীপা, অথোক্ক অচং, খোনচেল য়ায়পিরেল
সিতাপা, মরম অসি খৈপিকনা চিংনা থবাই মমিরেলগুং,
মতৌ পোৎশক অমাতা ওইনা নোংতমপিরময়ে ॥

অওয়া, থবাইমক্তা ওইরিবা সকলোনবু মশীং থিঙমদনা য়ামথত্রবা কয়ামরম অসিবু, নিংশা হোললা, মিং নাকোং, চিন, য়া, খৈবিক্কি মতিক্কা হয়াওবা; নুংঙাইবা, কপনিংবা শাওনিংবা, ৰাকি অথং, নুংশিবা, মনম, অমম অঙান খঙবনাচিংনা, খোঙেল খোঙ্হোক ঙমলিবশীংতা নংতনা, অহিংবা হায়ববু ওইরিবা ঙমনামকি মফমদা, মপু মাগী অমাতা ওইবা মথৌরাংমা নোংদম্বীরিবা মশেলনে ॥

৫৫ তৌইক্রুম টিঙঙ, নোংতম মথায়েলনা, লৈপাক ক্ষেতোম
থায়না শাকৈ মথল তৈনা শেমপাকিতামক,
ক্ষেতোম লৈপাক খুতিংকি নমু মী বোইরিপা খৈপিক্রা ॥

তৌইঙকঙল, য়োদেক শানলোবিধুম, মিংয়েং অমাতা ওইনা নোংদম্বীরবা মপু মাগী থৌজালমু। লৈপাক কৈমোঙ কাথল লাইনা থায়না, টেক্কা পুনজাললিবা; খোপাক লৈপাক খুদিংগী নমু তাইহঙ, মীওইবশীংনা ॥

৫৬ লৈপাক মহৌশাকি শাকৈ হৌনা মরমচৎ, খোইরুম
লাইনিঙ মরমলেপু রংলপী লুৎপায় চেৎ, রায়েন
লমচৎ কায়হলতনা, চেৎনা খোইয়ুম লাইপু নিঙনরিয়ে,
হে লুরাং লৈকোয়পাঅো॥

ম নী মাগী মরৈপাক, লৈপাক লমদম অহৃগী মীওইবশীংগী মৈহৌরোন্দগী থঙনা চৎনহুনা লাকলিবা চৎনা লোনচৎ, হিবম থোরম ওামকনা অশেংবা লাইনিং লিচৎ থোরমগুম, মপুকনিং চেৎনা-চেৎনা থাজন থদোকনদনা, রায়েন খোদং লমচৎ শাজৎ ওাকনা, খোইয়ুম লাই হায়বা মপু মাবু নিঙনরিয়ে, হে লুরাং লৈকোয়পাঅো।

মুরা পালি পুঙময়োন অসিদা
শবি ন য়া লাইনিঙ লিচৎ

হায়না অঙম রাহমলপতা, লুরাং কোঙনেম লৈকোয়পানা, অনৌপা সমু মথুৎ লোলনা পাওহৎ-চবকায়॥ হে যিপুঙঙু কাশা কোবৌ যিনোংথোঅো. কুরুম নথোচানতাকি. মালেম তাইপঙ পানপা পমনামাপু শানশেমলকপনচিংনা, লৈপাক নিংথৌ পালপা থৈপিককি, লৈপাক মহৌশা খোইয়ুম লাইনিঙ, মরমচৎকি, রায়েন মথাইমত্তি না, তাচরে॥

তোইকুমু, কংলৈ পুঙকোইরেল ময়ায় থেংকুম চিঙ, মবা পালি পুঙমায়োল অসিকি লৈপাক মতিক অচৌপাপু রাহমপিঅো, লৈপাক মহৌশাকি খোইয়ুম লাইনিঙ, মনবচৎশুং রায়েন লমচৎ করমপানা থোরম অরোকপবু রোইনা খোইয়ুম লাইনিঙ নারকপানো, হায়না কোলোই পাওহৎ- চাবাপতা মণ্ডাং কুকমলেল খোইয়ুম লাইনিঙশীং অনৌপানা পাওমেনলকযে॥

৫৭ হে লুরাং সনাই হলপাঅো নঙপু রংলপী পুকনিং তপনা
নাতাআ। কংলৈ ময়ায় গুপতোংপাল মুরাপালি পুঙমায়োল
অসিকি, লৈপাক মতিক অরুপপু থিচিকতা
রাহমলককে। হয়ি হয়া হে॥

# মঙাং লাইনিঙশিং

হে লুবাং সলাইগী পিবা ওইবঅো নঙ্‌বু নপুকনিং চংনা, ইংনা তপনা না-তাখো। মালেম অসিগী ময়ায় (খোইদো) ওইবা লমদম মফম অসি (কংলা অসি) দা, তাইবঙ্‌ মীওইবনা ঙাংনা শকনরিবা লোল অসি খোকাত্রিঙৈদগী, নমু তাইবঙ্‌ মীওইবগী কাংলুপ অমা ওইনা লৈতা খুলতাদুনা লৈরকলবা লমদম' লৈবুংগী পান্দম ওইবা, অতোংবা লম, ময়ায় ওইরিবা অসিগী, মতিক মঙাল অরাবা ১দি চকনা লুরবা বারোল ওইববু থজিক্কং বা হায়বককে। হে, পলেম পঙ্লো ওইবা তেংপানবা মপ্‌বু প্‌নেমজরি।

৫৮ নহাল্‌নোং চিঙঙ্‌ নোংতম মপুরেললনা, মালেম
লৈরৈতা, কোরৌ নোংলৈতনা, অতিংঙা তরং ভমখে
নাইতাপতা, য়েংতারে-য়োইতারে পানতম লাকঙমতানা ॥

অদুঙৈ, তেংবানবা মপ্‌না মথন্তা মঙাঘরিঙৈ, কোবৌ হায়না খঙ্‌নবিবা, হুমিং থা থরালমিচাক ১দি মালেম লৈশানচিংবা প্‌মনমকশী মশক মওং নাইনা লৈত্রিঙৈ, ইহাং হাংবা ঙ্‌কনা ওইরিঙৈ মতমদা। য়েং বোই থক থাবু, পান্দম অসিনি হায়না ফোংদোকনিংঙাই লৈত্রিঙৈ ॥

৫৯ খোইরা লিহৌ খঙ্‌তনা, অতিংঙা পিশ্‌ক য়াকোননুংপ্‌'
থিরেল ব্‌ংলৈ মথোং লৈনা হাংনা, চিঙঙ্‌
মঙাল অরাপপ্‌, কাচেং নোংথাং চৈরোইননা য়াবা
খোননাই হাললকপা ॥

মফম অসিদগী অশ্রমনা হৌরকপনি হায়ববু ফোংদোকনবা বারোল লৈত্রবা (খঙদ্রবা)। তরং অহাংবা অসিগী মপ্‌কয়ুংদগী (ময়ুংদগী) পিকলবা য়াবা খোঙ্জেল ব্‌ং হায়না ঙংবনা, অহাংবা তরং অমমলুংদা মঙানগা ইরোইননা চোংথোক্‌লকপা, নোংথাং কুপ্রাগা লোয়নননা য়াবা খোঙ্গেন নিল খোংবা অহালবা ॥

৬০ য়াইপী নিল্‌ফু মরুকি খোইরা য়েংহৌ অহালগা
লাইয়িংথৌ, মালেম তাইপঙ্‌ পালপা প্‌মনমাপ্‌
চিঙঙ্‌ পায়মা ব্‌লকোইনুংতাকি খোইয়ুম- মতোম
শনথোক্‌লক্‌পা ॥

মায়গী থবাক হায়না হায়নরিবগী হৌরকফম মক লেল্লু ওইবা, পম্বনাবককি হৌনাকম, ওইবা লৈরিবা পম্বনমককি হৌরকফম, অগ্লিংবা অথোবা ওইবা, মালেম লৈপাকনাচিংনা হুমিং থা থরানমিচাক পম্বনমক খোইয়ুম মাগী মপাকহুংদগী মতোমজনা শক্তোকললকপা ( পৃথোকললকপা ) ॥

৬১ | চিঙঙ্ নোংতম মজায়রেলনা তাইপঙ নোংশাপাল মরোল
পুমনামা অসিপ্, চিঙঙ্ শাক্তা তুখোং খুত্তিংতা লাথা
লাথা য়োয়রোই হৌনা, মালেম লৈশেমললকপা, কোরো
নোংহৌরকপা ॥

খোইয়ুমগী থোশিলনা অমম অঙান থায়না, তেংবালবা অসিদা মথল মথল, মওং মওং কয়াগী মাহুক ময়ায় কয়ামরুমশ পম্বথোকললকপা। খোইয়ুমগী তুরিক তুখোং খুদিংমা খোইয়ুম লাই অনামম্বম ওইনা মতিক ময়ায় হাপনা লৈশেম নোংশেমললকপা ॥

৬২ | নহালনোং হম্নিতৈতা মালেম লৈশেমললকতৈকি পরিং
লাংশং পুমনামপু, চিঙঙনা মা মায়কোননুং অসিতা
শুপ্তা চিংশিনপিমরয়ে হায়পাকি, কংলৈ ময়ায় শুপতোংপাল
মুম্না পালি পুঙ ময়োলজো তৌনা কৌয়ে ॥

অতৈগী খোইয়ুম লাইগী চক ওইবা মতমদা, মালেম লৈপাক অসিমু শেমললকপা মতমদা, অরং থজা লৈরিবা হুমিং, থা, থরানমিচাকনচিংবা পম্বনামাকি মতিক ময়ায় পম্বনাম্বাপদ্ তেংবালবগী মপানা। মালেম অসিগী ময়ায়গী লমদম ওইবা, ( তাইবং হকচাংদা খিংরেং শাম্বমলাবগানা খোইরো ওইবা ) অতোংবা লৈপঙ, মতমগুম্বা লমদম মফম কংলাদা, তাইবঙ মীওইবনা ভাংনা হায়নরিবা লোল অসি খোকম্নিতৈদগী, মীওইবশিংনা লৈতা খোঙদাহুনা লৈরকলবা, মৈ, ঈশীং হুংশিং অজয়মাবা মালেমগী লৈপূনমুংদগী থোকতুনা লৈবা লমদম মফম ॥

৬৩ | কংলা লৈকোইরেল অসিপু, চিঙঙু লাইরেল তাওরোইনাই
পাক্ষল লিলা নিংথৌকি তাংচা শুরেলতোনকা, মমু মমৈতোন
অকুইশানা, ফুগী মথেক ক্ষেপু লৈরোং শানা
থরাই লাইচম থনকুম শানশেমজাগকা, লাইরেল মমৈতোনপু
লিলা মাতা চিকনা, মালেম লৈশেম পুঙনে ॥

কংলা হায়রিবা মকম লমদম অসি, মালেম লৈপাক অসিগী হৌফম লোইকম ওইবা (মকোক মথে অনিগী তিন্নফম ওইবা ।) গা, তরাং থক্তা মপান মরু লৈতনা তাওহনা লৈরিবা, মতিক ময়াম হৌ-রককম, ওইরিবগা । মালেমদা কংলৈ-কংলা লমদম মকম অসিদা অনিমক্কী ময়াই ওইরবগা, পজেং পরানা থরাই শাবগী পান্দমগুম, থক্তা খাগা লিরোল লোন্দুনা নানথোক্লদনবা ফাত্তুনা থম্বাংমে, মালেম লৈশেম লকওৈদা, মতিক ময়াই গুননমকনা, থেকনা কোয়মা লাপনা চংন্দুরবগা অমারক মালেম লৈকোয়পুঙ, কংলা অসিদা হক্তিল্লকনা ফুনফম ওইবা মফমনে ॥

৬৪ থমং লাইচা য়ি মামুংনা, তুরেল থাংথোং মথেক অহুম
গুনা, কংলা নোঙলৈয়াংপু কোললা লাইচা য়িচেল থাকিয়ে
হায়পাকি, লোয়রেল খুলপীরোক কোমনুং অচৌলপাওো
তৌনা কৌয়ে ॥

মালেম লৈপাক লৈহুংদগী ইকুং ঈশীং, মরু লেলকু হায়ফম তমফম থওৎরবানা লৈমায়দা ফ ওথৎ-লক্লনা তুরেল তুলাং, থাথোং, লাইথোং, মলোংথোং, থোংলম অহুম গুনা (ফংমা) মালেম পুম্বগী থোইথো ওইবা, কোয়ৌ মালেম অমিবু চুপকি মতমগুম ওইরিবা কাংলা অসিবু কোলনা ইচেন-থারিয়ে, হায়পকিপু । পম্রনাযককি হৌফম লোইকম ওইবা লৈতা খুলতা অহানবা লমদম, কোমন্নুং হায়না কৌয়ে ॥

৬৫ চিঙঙু তাইপঙ, মপুরেল, থোইয়ুম কুরুম সিতপা মহাকনা,
মা কমমালৈলাং অমিতা তোংনা, মালেম লৈশেম লকওৈকি
মথেপ্ন থোইপাকি, কংলা নোংলৈয়াংওো মিংথোলনরিয়ে ॥

মপানা মপাদংগী পদ্মথোকলাকক্না শেমলিবা মহাকনা, কংলাদা থোঙদারকত্তুনা, শদা কমবাল, লাংবু তোংনা, লৈ নোং শেমখিবা লমদম মফম, কংলৈ পুঙমারোল অসিবু, অতোপ্পা লমদম মকম অমাগা চাংদমনবা মাপ্পবা লৈ-নোং অমিবু চুপফা ওইবা লমদম মফমনে হায়না বাহায়নরমমে ॥

৬৬ মালেম লৈখুলনুং অহোপপু লৈখুল খুনথোং শোয়ফতনা,
লাহালমোং মালেম লৈশেমলকওৈ হৌনা, হম্নি খুনুং লাংপচক,
চক মরোল খুত্তিং, মা মেজলাংচান অসিপন, মিংথৌ
মরোল হাওতনা, নোংতোল, কমতোংকেমনে হায়তাপরা ॥

মালেম লৈখুল অহোবা, অচৌ অচৌবা লৈপুল লৈহৌশি.দা, মগু শীংইবশীং অমদি, লমলক তুপাল শানাচিংনা ময়ম মরানয়াই ওইনা চাদা নওদানা লৈরকলিবা অসি, অতুঙৈ লৈলেম নোংশমলকতৌশী হয়ি খুনং লাংবচকনাচিংবা, চক মরোল খুদিংদা, নোংংশি নোংদম্বীবা শেম্বীবা মপ্ মবাকনা, লমদম মক্ম অসিগী চুচিংবা নিংথৌ ওইবশীংদা, মতিক ময়ায় হাপ্না, নিংথৌ মরোল হাঙ্দনা, নিংথৌ পান্দুনা লাকলিবা, অথোয়বা লমলেল কংলৈ পুঙ্মরোল কংলা নোংলৈয়ংনে হায়রতাপরা ॥

<table>
<tr><td>৬৭</td><td>অসিগুং মতোমতে, খোইয়ুম মাইকৈ ঙাকপা নিপালমাকি<br>চিঙ্লেল মকায়ফম নিপালমানা, লোয়রেল খুলপিরোক<br>য়া লংপা চিঙ্কি ফালখোঙ্ নিপালমাপু য়োইনা শানশেমপিরমগা,<br>চিঙ্লেল, শুংতোয় তরাতরুকমা, চিঙ্লেল, চিঙ্খায়<br>হুমফুমাথোইমা অসি খৈপিরক্রা ॥</td></tr>
</table>

অসিনাশু লোইবা নংতে, মাইকৈ ঙাকপা লাইনিপালমাকি মকাইফম খুফম ওইবা, অচৌ-অচৌববা চিঙ্ নিপালমানা, হৌফম লোইফম ওইবা, খুলতা লৈতা অহালবা লমদম অসিগী, কালগী ফালখোঙ্ নিপালৎম ওইনা লৈরাবগা পিকতক পিকতবপা চিঙ্লেল ১৬ শীং অমসুং চিঙ্ মচা-মচা ( চিঙ্নাও ) হুমফুমাথোইগা, চিঙ্শীং অসি খৈবিকনা ॥

<table>
<tr><td>৬৮</td><td>পোইরৈ য়া লৈপাক অসিকি কোননুং পলপাল চাওকোইরেলপু<br>য়োইনা শনশেমপিরমগা, মালেম লৈখোইরেলকি<br>লৈথোই পালপিরেল, লৈখোঙ্ লেলক্রুনে হায়পপু<br>লেপ্পা খঙ্চৌঅো ॥</td></tr>
</table>

মালেম পুঙ্মরোল অসিগী ময়াই মক্তাদা, নুং-পাল অনিনা তিন্নফম ওইবা, কোন্দুনা লৈবা লমদম মফম কোননুং ওইববু, মালেম লৈরোলনুংদগী শৌগংলক্রুনা পল থাবগী পান্দমগুম ওইরিবা, চিঙ্লেল ষ্টিঙ্জাওশীং অসিনা কোইশিললিবা, মালেমগী ময়াই খোইদৌ ওইবা, মঙৌ লেলফু হৌফম ওইবা, অথোয়বা খুফম মফম লমলেল, কংলানে হায়বাবু পুক্লিং অনি লোংদনা খঙ্জারো হায়না, অশোংনামক হায়রাবনে ॥

<table>
<tr><td>৬৯</td><td>অসিকুমগা মুক্তাপালি পুঙমরোল অসিতা, য়োয়পু খোইমোম<br>লাইরৈমা, শিনদী লৈমা লৈতং নিংথৌ চনু পায়মা থুলকোইনংকি<br>মপারি, নিংথৌ কাঙ্বা য়োয়রেলপানা, হয়িচক<br>অহালপাতা, হালনা মালেম লৈনিংথৌপু য়োইরকপনে ॥</td></tr>
</table>

অসিগুম্বা অথোয়বা লমলেল লমদম অসিদা, তাইবং মীওইবনা ঙাংনা হায়নরিবা ব্রাহ্মন-ক্ষত্রীয়, লোন-জি থোকতিন্নৈদগী, মীওইবনা থোঙ্দা লৈতাদ্রুনা লৈরকলবা, লৈপুঙগী পান্দমগুম্বা লমলেল অসিদা, হয়িচক হায়না কৌবা, অহানবা চক মতমদা, তাইবঙ্ মীওইবশীংবু হিংনানবগী হিরম থৌরম শিললম, মথৌ মঙম কয়াবু পাওতাক পিবিবা ওইবা লুচিংবা নিংথৌগী মচা ভূপী, থোইদ্রুম লাইরেম্বীগী পান্দমগুম নিংথিজরবী, শিলপী লৈমা কৌবিনা পোকচবা, কাঙ্বা য়েংরেলবা মিংগৌবনা অহানবা হয়িচক্তা লুচিংবা নিংথৌ ওইনা পানবা হৌরক্লবা লমদম মফমনে ॥

৭০

চিঙঙ্, তাইপঙ্ মপুরেন থোইদ্রুম কুরুম সিতপানা
মুক্তা পালি পুঙ্, পোইরৈ য়া লৈপাক অসিকি থোইদ্রুম
লাইনিঙ্লেন, লৈপাক মরমচৎ হৌনাপকি
জায়েল মথাই পুন্নামকপু ॥

তাইবঙ্ মীওইবনা ঙাংনা হায়নরিবা লোল অসিনা ঙাংনা হায়নাদ্রিঙৈ ( লোল থোকখিঙৈদগী ) মীওইবনা লৈতা থুলতাদ্রুনা লৈরকলবা, মৈয়ম্পাক লমদম অসি লৈপাককী মীওইবশীংদা, থোইদ্রুম লাই-রমলেলগী ওইবা জায়েল, লমচৎ, সিচৎ অমদি, লাইনিঙ্ কাংলোলবু তেংপালবগী মপান্না থৌচালপিরকলাবনা ॥

৭১

চিঙঙ্ নোংতমথোলপু, নমু মী তোইরিপা থৈপিকনা
থবাই মমিরেলকি য়ারফা মহৈ তোইনাপপু
ব্রহ্মগী পুকনিং চেৎ, জায়েল, লমচৎ কায়হনতানা
চিঙঙ্ নোংতমপা মাকি মথায়েল থোইদ্রুম লাইনিংলেলপু ॥

লমদম অসিদা ওন্নিঙৈ মতমগী লৈজা থুলতাদ্রুনা লৈরকলিবা মীওইবশীংমা, থোইদ্রুম মতম ওইরবশীং-গী পাওতাক হিরম থৌরম অথোইবনা, মী মহাক-মহাক, অমদি মীওইবা থবাই পানবশীংগী য়ায়মলবগী মমক, লমচৎ, জায়েল কায়হন্দনা ( লানলম্লেনা ) থোইদ্রুম লাইবু তাক্কংনবা লাইনিঙ্ ওইনারাবগা ॥

৭২

> শিংজেল থেংওহো মরুকি থমপাক্ল কৈরোই মতুং-ইননা
> খোইয়ুম শিংজেল সিতাগনু, মশিং বাংহনজনা
> চিনকোয় লাইমিং শোনজুনা ॥

লাইজা টরোনচুংকি শিংজেল লৈরাং থজাগুম ইংনা খোংনা নোনা চিঙঙ্ খোইয়ুম সিদবগী মীংথে মিংজেলবু, মশিং গুনা চিন্দা শোজনা লাইনিঙ-নারকপাগা ইরোইনানা, ঙাকনা চংলকপা লিচং শাজংতি

৭৩

> য়াথং বাচুম গুণা, বুলপী পুকনিং লেপপানা মরাম হুমঙইমা ॥

অচুম্বা অশেংবা বাকম ঙাক্তা চায়বা ঙাংবা, লেপথিবা পুকনিংগী বাথল অশেংবা অচুম্বাবু হোংদনা য়ম মনুংদা পুকনিং অনি লোংদনা চংঙাইনা তুমথা হিপথাথিবগুম, পুকনিং বাথল লৈচং তাবা ॥

৭৪

> য়াম্নগী থরাই ঙাকনা, পুকনিং লাইচা কিয়িক লাইকুম
> শেংথোইপানা, চৈরে ফিসেং বোইনারেপাকা ॥

থরাই পানবাশীংবু নুংশী চাননা মশমককী য়ায়ণী থবাইগা, মশাগী মশানি অমাতনি থলবা নীঙমা ঙাকপী শেনবীবনা, অরুবা অশেংবা লাইজা ঈশীংগী মতমগুম, পুকনীং থম্মোই অমমকপা লৈতবা ইংবা তপ্পানা কীশেং লৈতেংবগী পান্দমগুম ওইনারবগা ॥

৭৫

> বুমং লাইফম নিপালমাকি, লাইফম মতানাপাপু
> থজনা, চিঙঙু অতিংঙা সিতপা মহাককি, মা মথোও, থাতা
> খোইয়ুম লাইনিঙমরকলে হায়তাপরা ॥

মাইকৈ ঙাকপা খোইয়ুম লাই নীপালমাকী থুকম ওইবা মশাইকোন উমংজেলশীংগী থমুংদগী, মপকনীংনা খোইলাজবা লাইফমলেল, উমংজেলমু থজনা, তেংবানবা মপদ শীদবা মামু তানফংনাবা মপদু মান্নী থুম্না থাবা চংজনা লাইনীঙ, পরে চেংপাগী খোয়মনা, অথোয়বা লাইনীঙ ওইনারকলে হায়দবরা ॥

৭৬

হে লুবাং পোঙ`লেল, হলপাত্রো, হয়িচক অহানপা, অতুতা
মুক্তা পাকি শনা লৈপাককী থোইয়ুম লাইনিঙ, মরমচৎপ, টিঙঙ
অতিংঙা কুরুম সিতপনা, তাইপঙ, মীপোক য়াম্বক্ষাপা
থবাই চংথোলপা, মী মরু থোইকোপা, মী মচং অশেংবা,
মী ময়াম সিতাপনা থৌচালপিরম্নাপকি, মীপোক
য়ায়ক্ষাপশীংনা, লাইনিঙ, বায়েল, মখাই অরামপাপ
পাওতাক হইথাপিরমরে হায়তপারা ॥

হে লুবাং সলাইগী পিবা ওইবত্রো । হয়িচক অহানবগী মতমদা, ঐখোয় মীওইবনা হৌজিক ঙাংনা-হায়নবিবা লোল অসি, ঙাংনদ্রিঙৈ ( লোল থোকত্রিঙৈ ) দগী, ( মৈত্রপাক ) মৈতৈ লৈথাক লমদম অসিদা, মী কাংলুপ ওইনা লৈজা থুলতাঙুনা লৈরক্লিবা, মৈতৈ ওইবশীংগী হৌরক লাল লাইনিঙ, লিচৎ, বায়েল, মতম অহুগী অমদি তুংগী মীরোল মৈতৈ ওইবশীংনা চৎনারককাদোবা চৎনারোল, ফাওবা থৌরম কয়াশীংবু । খোইয়ুম লাই হায়না খঙনরবা, কোরৌ অতিংঙা সিদবনা পাওতাক পিবগম্বা থৌরম ওইনা। মতম অহুগী মীয়ামশীংগী মহুংদা, তাইবঙ, মীওইপোক অথোইবা, মী মরু মী মচং, থবাই চঙখোনবা, মীপোক য়াম্রক্ষবশীংদা, থৌরম ওইনা চৎথানবা চৎনরোলবু, মীপোক য়ায়যবাশীংগী পুকনিং য়াথলদা কাওনদনাবা মপান্না পাওতাকপিরকলবনা ॥ অসিগম্বা মীপোক য়ায়ফবা মীওই মরি অসিনা শেমগৎ শাগৎলকপা হিয়ম থৌরমনা, মৈতৈ ওইবা ফুরূপ অসিগী চৎনরোল ওমা ওইনা চৎনারকলিবা, অমদি, পাওতাক কয়ামুকপু মীরোল মথং মথং শিন্নরকপা য়াফম বয়ামুক লৈরিয়ে ॥

৭৭

অসিগুং মতোমতে, হয়িচক মথংকি খুনুংচক য়ায়মাপতা
নম্ন পোঙ-পাচা খৈবিকনা থৌরাই পুমনামকপু থৌচাল চৈরোইনাড়ুনা
পিচা পাম-মূতা পিনা হলয়েংনাতনা, শাকৈ লমচৎ
ঙাকপা, কোলোই য়াথং চুমনা বুলপী পুকনিং লেপপা,
য়েকনা পাওনাই চেন্নতানা, লিংচল তিংথং পানপাপু
হূল-লান-থোকলাপকা ॥

য়াফম অসিনগু লোইবা নংতে, হয়িচক হায়বা চক ( যুগ ) না লোইশ্রবদা । মথং খুমুংচককি চক তাংকক ময়াই চললকপা মতম অহুরাইদা, মালেম পম্বাগী তাইবঙ, মীওইবনা চৎনাবা, চৎনারোল, চৎনবী ওইরম্বদি, থবাই পানববু ঙাকপী শেনবিবা, পিজ পিথক পান্মনাদবা, নংশী চান্নানা লোইনবা, মা-মগী মীওই কাংলুপ ফুরূপ হৌরকফম থিনবা খঙনাবা, অশেংবা অচুম্বা য়াফম ঙাক্না হায়বা পুকনিং অনি লোংদনা অচুম্বা হিরম থৌরম খঙনবা পাংথোক্লপা. অমুক্না অমাগা য়েকনাবা ওইনানবা, ম[illegible]নাদনাবা য়ারোল থৌরম ওইবনু মীওইবশীংগী পক্লিম বারোলবা মমি তাদবনা, ( খিনবাগী [illegible] পোকনবব ) না, চৎনারোল চৎনাবি লিচৎ শাজৎ ওইনা চৎনরিঙৈ ॥

৭৮

> খোইয়্ম কোলোয় মমিংলেল, মিংলেল, অথ্পপাপু চিনকোই
> লাইমিং শোলনা, য়্মং লাইফম মাতানাপতা য়্লপী মৈচং
> তানা, খোইয়্ম লাইনিঙ, নারকলে হায়ত্তাপরা ॥

খোইয়ুম লাই ওইবশিংগী মীংথৈ মীংলেন, মতিক ময়ায়শীংবু, মী মহাক মহাকনা শোপ্পা নিংজনাবা, অশ্কপা য়্মংশীং কয়াদগী, মা-মানা মপুক্লিং খোইদাজবা য়্মং শঙহনা, খোইয়্ম লাই হায়বাগা শকউ শাউজনাবগী থোরমনি হায়ত্রনা, ইংনা চিকনা লাইনিঙ, পরৈ চঙ্নাহনা পদ্নসি মজোন লোম-নাথিয় হয়বা বারোলবু লৈরিয়ে ॥

৭৯

> খ্ন্ চক মথংকি লাংগাচক য়ায়মাগতাগং নমু মীওইগকি
> লাইনিঙ, মরমচংতি, য়াথং য়াচুম লেপপা, সমু হকচাং শেংপা
> থবাই নিংশা পাললিপা খ্বৈপিকপ্ য়ায়পী থবাই ঙাকপা ॥

খুনু চককি মতুং চংথবকপা চক্, লাংবচককি মযাই চল্লকপা মতমগী মাওইবশীংগী লাইনিঙ, মরম-চংতি, অশেংবা অচুম্বা ঙাক্তা হাযবা ঙাংবা, পুকনিং থম্মোই অমকপা লৈতবা (অবোল অথ্প থমদবা) থবাই, নিংশা হোল্লিবা পদ্মনমকপদ্ মশা-মশামককা পাংথক্নি নিঙ্না ঙাকনাবা ॥

৮০

> পিচা পামম্তপানা তরা চা বোইননা, পিনা হলয়েংতাপতি
> চৈরে ফিশেং বোই, য়্লপী পুক্লিং অঙাকপনা থবাই মমিরেলগ্
> বোইনা, চিঙঙ্ কোলোই মমিংলেল মিংলেল পিতপপু শোল ॥

থবাই পানবা কনাশীংদা পিজ পিথকপা পাম্মুদবদি, মহাক মহাকনা অপাম্বা চানিংবব্ চাবগুম পেঙ্গবা, লৈতবা কনাগুম্বাশীংদা অরৈবা পোং পীবীদ্রনা মনীং থংহলর্খাবদা, চরৈ ফীশেং নৈংথাবা শেম্লাবগা, মতোমতা মপ্কনীংদা লোলনা মপ্কনীং মুংঙাইজবগুদা পুকনীং ওইনরীয়ে। বাখল মঙং-মঙং থলবা, অঙকপা (নীংজীং মাংজাং) পোকনদনা, খোইয়ুম লাইগী মীংথৈ মীংলেল সীদবব্ শোলনা পেঙ্গরীবদী ॥

৮১

> অতিংকোক কুরুম সিতাপদ্, বূলপী শামল লিকিননা
> খোইয়ুম লাইনিঙ্নারে। হে হোঙ্নেম লৈকোয়পা
> নঙ্গদ্ রুলপী পুক্লিং তপ্না য়িংনা না-তাচাখো ॥

পুমনামককি মপু সিদবা মহাকপদ্, খোইয়ুম লাইনিঙ্ পরৈ চঙ্নরিবাশীংনা মপদ্নসি মতোল লোম্বা কাওবা, মপদ্ মহাকপদ্ থানাদনা লংলা অনিনা পন্থা ওংলিমনা তাশিনবগুম, কিলি লিরোলবুও কিশিনবগুনা লাইনিং থৌরম ওইনরিয়ে। হে লুবাং সলাইগী পিবা ওইবাঅো নঙ্বু নপদ্কনিং তপনা তিজলাংবু য়োংথানা না-তাচাখো ॥

৮২

> চকলৈ হাকথক অকোলপা অসিতি, চিঙঙ্ কুরুম
> সিতাপা মহাকনা, ক নিংথৌ অপালপা, নোংতা
> লাইরেল পাখঙ্পা কৌনা, নমু তাইশঙ্ মীওইশকি
> হকতা তোংনা চঙ্না ফাওপিরকলাপাতা ॥

অরোইবা অকোনবা চক, কোন্নাচক অসিদগী, তেংবানবা মপদ্সিদবা মহাকনা, মমিং ক নিংথৌ অপালবা নোংদা লাইরেল পাখঙ্বা কৌনা, মতম অড়গী নমু তাইবঙ্ মীওইবগী মশাদা তেংচুন শানফোংলকলাবনা ॥

৮৩

> পোইরৈ শা লৈপাককি নমু পোঙ্ য়োইবিপা খৈপিকনা
> ক নিংথৌ অপালপা নোংতা লাইরেল পাখঙ্পাকি
> লাইনিঙ্ মরমচৎপদ্ হৌনারকলে ॥

পোইরৈ শ্রা লৈপাক, মৈত্রপাক লমদম অসিগী নমু পোঙ্বাচা খৈবিকনগু নোংদা লাইবেল পাখঙ্বগী পাওতাক মতুংইন্না খোইয়ুম লাইনিঙ্ পরমবু, মাংগী মীরোলশীংনা লাইনিঙ্নারকলিবা থৌরমগী মথক্তা হাপকৎ হেনগৎ থোরগৎনা, অহোংবা অওল্বগম, লাইনিঙ্ মরাং কাইনারকলে ॥

৮৪

> হে লুবাং হোঙ্নেম লৈকোয়পা নঙ পদ্, নমু নোংতা লাইরেল
> পাখঙ্পকি খোইয়ুম লাইনিঙ্ মরমচৎতি, মরান য়োংপা
> মন্নিম শেংপা, সমু মহাকচানপদ্ মকহঙ্পা বূলপী পদ্কনিং
> লেপনা কোলোই য়াথং চুমপা ॥

হে তুরাং সনাইগী পিবা ওইনা মালেম লৈপাক ঙাকলিবা নঙ্গবু তা-জো, নয়ুধৌ নোংদা লাইরেল পাখঙবা, তরং অহাংবা নোংমদোন থককী অথোইবা থোইয়ুম লাই মাগী মত্তিক ময়ায় চৎবা লৈবা পাথঙবা হায়না খঙনরিবগী লাইনিঙ, মরমচংতি ॥ তেংপানবা মপুগী ময়ম ওইরিবা সমু হকচাং অসিগী পুকনিং বাথল শেংবা, সমু হকচাংবু লুনা নাননা থম্বা, হিরম থোরম অমা পাংথোককে নিংববু, অচুম অরান খঙলগা পুকনিং অনি লোংদবা, অশেংবা অচুম্বা বারোলতাপদ হায়বা ঙাংবা ॥

৮৫

> য়াইপী থরাই ঙাকপা, চিনচাক শেংনা চারপা, মরান মোংপা
> ময়িম নাইনা তানলোয় লুমতিন থৌগু পুকনিং মেংকোই
> নিক্লাপা, মতৌ নেমনা চৎপাকা, থৌরম নিপালমা অসিগ
> চৈবোইনানা, কুরুম গ্না মখোঙথাপ, মিতৎনতানা নিংচাতুনা

থরাই পানবা খৈবিকপদ ঙকপা কনবিবা, চাকচা য়িথক মরম খঙনা চাবা থকপা ( য়েলহেল ) খঙবা মথিম মবান যাযতা তানলোয মতু মরা ওইনা লৈনরিববু নংতনা, অতোপ্পগী গুণী-নিপাব মপুকন্নিংদা কললকপা পোকতবা ( তুংংইনবা )। ঐনা মথঙদ্রবনি, হৈত্রবনি, হায়না থলবা নিঙবা ॥ অতমনা ওইবা থৌরম লিচং নিপাল অসিবদ ঙাকনা চৎনা, অথঙ অহৈ কুকম ওইবশীংনা তাকপীরকপা পাঙ-তাকপদ কাওদনা নিংশিংজতুনা ॥

৮৬

> রম্লপী পুকনিং যাংপা, কনচাও য়িথক হৌপা, নমু মিরল পামপা,
> পুকনিং অঙক চংপা, নাপল ময়াই কা, নুংখুম চৈরৈ চলনা
> য়েকনা পাওনাই চেনপা, নৌশিং লাংশেম হৈপনচিংপা

পুকনিং বাথল হযাংবা, ইতাও তাওবা, মফম খঙদনা লুতোন কাবমখৈ শাওগনবা, মীগী মরল মথদম পামগনবা, পুকনিং বাথল পললেপফম খঙদনা হিরম থোরম হমদা, হৌশিরা তোংমশিরা হায়না চরক-চহিং নাইবা, ঐ মণ্ডাইরে হায়ত্নুনা নাপল তোবা ( নিঙবা ), পুকনিংদা অরোনবা বা থম্বা ১গা অমগা মুংশীনাদনবা ওইদবা বা হায়ক্তিনবা, পুকনিং বাথলনা শাগৎতুনা, শাওহননাবা, হরাওনবা মীনমত্নুনা মীবদ থাজহন্নবা হোৎনাবা ॥

৮৭

> পুকনিং মরম খৈপিক অসিপু হুললানথোকলাপকা, ক গ্না মপুরেল
> নোংথৌ অপাকপাপ, থোইয়ুম লাইনিংনরকলে, হে তুরাং লৈকোয়পা ॥

অতোমনা ওইবা, মীওইরা অমনা হায়রা তৌবা হৈবা ঙম্বা, অপেবা অরানবা ফংত্রবা পুকনিংগী থৌওংশীং অসিবু হম্দোকতুনা থাদোকলরগা, তেংপানবা মপুগী মতিক ময়ায় চঙনা লৈরারিবা, কম্বা পাখঙবা হায়রা খঙনাবা (মিং অমনা নেংদালাইরেল) হায়না খঙনাবা ইবুংঙো মানা খোইয়ুম লাইবু নিংনাঙৌগী পরমবু কায়দনা খ্বায়নও লাইনিঙনরকলে, হে লুরাংগী লুচিংবা অথোইবা অো ॥

| | |
|---|---|
| ৮৮ | মুক্তা পানি মা লৈপাক অসিকি মতিক অরুম্বনাচিংনা<br>খোইয়ুম লাইনিঙ মরষচংগুং মালেম অইপঙপালকি<br>মীরৈপাক নিংথৌ পাললিপা খৈবিকতা চিঙঙ্ নোংতম<br>মপক্লেনা রায়েল নোংতমপীরমপাপ্, য়াথং তনগা<br>থিচিকতা রাহমখিরাপনে ॥ |

হৌজিক হৌজিক মীওইবশীংনা ঙাংনা হায়নাতুনা ফোংদোকরিবা লেল অসি খঙদ্রিঙৈ (লেল থোত্রঙৈ) দগী, মীওইবা কাংলুপ অমা ওইনা লৈতা থুলতারকলবা, মেত্রবাক লমদম অসিগী মতিক ময়ায অরুবা থরামথৈ, খোইয়ুম লাইনিঙ লমচং খচিকতংগা, অর্মদ মালেম লৈমায় থক্তে মাগী মাগী মরৈপাক মরমদমনি থক্ননা নিংথৌ থুফম লিনা পালনরিবা পুমনাদকতা, তেংপালবা মপন্না লিচং শাচং পুক্লিং মিংয়েং অমাতা ওইনা, নোংশা নোদগীরমববু রারোল ঙপনা ফেংদোকখিরবনে ॥

| | |
|---|---|
| ৮৯ | অতুম হায়পা মঙাং লাইনিঙশিং অনৌপকি কোলোই<br>মপাওতাবপু, লুরাং হোংনেম লৈকোয়পনা পুক্লিং<br>পেম্না না-তাচরে হায়তাপবরা ॥ |

অম্মনা ওইবা রারোল রফোংলকপা, মঙাং লাইনীংশীং অনৌবগী মপাওতাকপু লুরাং সলাইগী পুকোক ওইবনা, মপকনিং পেম্না না-তাচাখিয়ে হায়দবরা ॥

—✻—

হে য়িপ্‌ঙঙ্‌ মীরুপ লেংনা ভিল্‌লিপা, অহল কুরুম খোইয়ুম লাই রোইনাম্নপাশীংঙো। থাইনা লাহালনোং মালেম লৈশেমলকপনা চিংনা, নমু পোঙ্‌ লিংপিরক্‌পকি রাবম অরিপা অসিপদ্‌ ঙানপা কুরুম মঙ্‌লেল কোয়পনা, যোয়পারেল মপারি চুরাং কুচুপতা অতুম, রারি-পিরমপা মালেম লৈরিংশৈ, নমু মীপোকলোল অরিপানে॥ রারম পরেং চাত্তানা-তেংথা পাংশোই নিক্‌পাকি, অয়েল মখে লৈতাপাপদ্‌ পদ্‌ক্লিং রাবৌপিতানা না-তাপিজো, হয়ি হায়া হে॥

রারম অশিকি তুংতা, অশাইঙৈকি চুরাং কুচুপনা য়াথং অনৌপা পাওহংচারকযে। হে য়িপ্‌ঙঙ্‌ কাশা কোরৌ য়িনোংথোজো তা-আজো। রারম অসি মতুংকি, য়িয়ু লুরাং সলাই হল্‌পকি য়াথং পাওহং রা, মঙাং শনা ময়াথং যাথং পাওতাক রাপদ্‌, রারম মতোন লোমনা হায়পিজো, হায়না অশুম রাকৎচাপপদ্‌॥ কুরুম ঙানপা মঙ্‌লেল কোযপনা, হে লুরাং কুচুপাজো, নঙ্‌পদ্‌ রদ্‌লপী পদ্‌কনিং তপ্পা না-তাচাজো॥

অশাইঙৈকি, নমু লুরাং সলাই হলপা হোঙ্‌নেম লৈকোয়পাতি, কুরুম কোবৌ মনোংথো মঙাং লাইনিঙ্‌শীং অনৌপকি শনা মথোঙ্‌, থাতা, য়াথং অনৌপনা চাংচৌ চেপ্পা লোল্‌না রাকৎচাথিয়ে॥

হে য়িপ্‌ঙঙ্‌

কাশা য়ায়নিংথো অথোয়পাজো, কুরুম নথোচালতাকি। তাইপঙ্‌ নোংশা-পালত্তা, মালেম লৈপাক লিংনা, নমু পোঙ্‌শেম-লকপাকি রাবম-মতি না-তাচারে, তৌইবুম তাইপঙ্‌ নোংশাপাল অসিতা, চিঙঙ্‌ নোংতম মরায়েলতাকি, নমু মা রোইনা পোকলারপা অসিপদ্‌, লাহালনোং পলেম পায়মা পিপ্‌কনুংতাকি অঙাং নাওরা অপিশাপদ্‌ রোইনা নাওনৌরক্‌পাপদ্‌, খোইয়ুম নোংতম মরায়েলনা, তাইপঙ্‌ হকচাং অরেপ্পাপদ্‌ নৎতাপকি

কোৱৌ নোংচা খুঙ্গিংপদ্‌ অচাও লেপ্‌কারকয়ে। শাংপা লেপতাল্‌, লম্লাপাকা, চেংলৌ শককোয় হেননা, পাংকল মথোক-লকপাগুং, পায়মা লৌশীং মপদ্‌ং কানা হরাও পদ্‌ক্লিং চং, রুলপী ময়াং কাইনা য়াংচকাই-চাপপদ্‌, খোইয়ুম নোংতম মবায়েল, বায়েল হিকতোক্‌ফাতপানা, য়োম-মায়ায় লাইরেল, তাওতল্‌পানা নুমিৎ শিংপুম থেক। লোইতাম থাচা পাখঙ্‌পানা থাচা মহন্‌চনখিপা খুঙ্গিংতা, হকচাং লেপনা লৈফাতপাকি, নমু মী-হকচাং পাম্‌মুপা অসিপু অহল মতম বোইনা কোয়োং পালপাই নিক্‌শিল্‌লকলে ॥

লাহালনোং নাওরা মহৌরকঙৈকি সকলেল লাইচা য়িঙাং কানা, পান্‌কল মথোক্‌লকপাকি নুংঙাই পদ্‌ক্লিং পেনপানচিংনা, থৌরম পদ্‌মনামা খৈপিকপদ্‌ ঙয়া মাংশিলখিরাপকা। চিঙঙ্দ্‌ নোংতম মথোথা, পল্‌লেম পিথোয়রেলকি চেংচেল খাওনিং হিংনা, পদ্‌ক্সি মতোন লোমলাপতা। থবাই মমিরেলনা হকচাংপদ্‌ হুল্‌লান্‌লমতুনা, অমল থমলৈ কুমখিঙৈনে হায়পাপদ্‌, থৌরম মাংতা থানা মরৈরে।

মরম অসিকি

তামকপদ্‌, তাইপঙ্‌, নোংশাপালতা, নমু পোঙ্‌পদ্‌ বোইনা পোক্‌লারিপা অসিনা, থবাই মমিরেলকি য়ায়ফা মহৈ বোইনাপদ্‌, লমচৎ, বায়েল, লাইনিঙ, মতিক অথোয়পা করমপাপদ্‌ পায়চারপাকা, তাইপঙ্‌, তরংনুং অসিতাকি থবাই অরালপপু তানফংশীপনো। লমচৎ বায়েল করমপানা মিরেল য়াম্নপী ফুথোংথোকি থৌরম অশেংপপদ্‌ বোইরিপানো ॥

তাইপঙ্‌

নোংলাপালকি মীপোক য়ায়কাপা থবাই চঙ্‌খোনপা, মী মরু য়ুলপী পুক্লিং তপ্লাপা, মী মচং থবাই থোইনা লেংলপানা শাশেল লাইনিঙ, পক্লিং করমপানা, নমু মীপোক মহৈ পালনা কোয়ৌ নোংমাতোল বাচুম শনা য়ায়কোনফুংকি থুমলেল মপঙ্‌ ফাপা, হিমক কমপী অথোয়পাতা করম তানফংচখিপানো ॥

অসিগুং মতোমতে, তাইপঙ্‌ নোংশাপালকি নমু মীওইপোক অতোন্‌পাশীংনা, লিল্‌চেল্‌ মরমচং ফংতপা করমপাপু চংলম্‌পাকি, থরাই মমিরেলপু ফংতা মহৈ চানা, মালেম লৈথা তাখিরাপকা ফংতা কোমলেললতা তানা লান্‌নংচারিপনো ।। তাইপঙ্‌ নমু মীওইপকি, অফা ফংতা মরম অনিমা অসিপু, হে য়িপ্‌ঙঙ্‌ কাশা কোরো য়িনোংথো অথোইপা, নঙ্‌কি থৌচাল নবলকুনা রাবম ফিরোল নাইজনা পাওজাক-পিও।।

হায়না, চাংচৌ চেপ্পা লোলনা রাকংচবাপতা, চিঙঙ্‌ মশা-রেলনা ফাওরাপা, মঙাং কুকম লাইনিঙ্‌শীংগ অনৌপাত্তি, য়োন্নপারেল মপাব নুরাং হোঙনেন্‌, লৈকোযপকি মপাওবং নিংথিপপদ্‌, যাথং থৌচাল অথুমপানা রাহমপিরকয়ে ।। ※ ।। ※ ।।

মালেমদা তাইপঙ্‌ মী অমা ওইবনা
চংকদৌবা লিচং-শাচং ।।

৯০ তা-আত্তো, তা-আত্তো, হে নুরাং সলাই হলপাত্তো, নঙ্‌গ্‌ রূলগী পুক্রিং পিনা মঙাং চিনকোই য়িয়াথংপু না-তাত্তো, তাইপঙ্‌ নোংশাপাল অসিতা, নমু মীকি মপোক অথোইপা অসিপু ফংচান্নাপাতা ।।

তাও-তাওত্তো, নূরাং সলাইগী নুচিংবা-ও, নঙ্‌বু রাথল পুক্রিং চোইদনা মঙাং ঐগী থম্মোইন্নুংদগী পুকনিংগী মঙাল মশা ওইনা ফোংদোকলকপা নুরাং নঙ্‌গী রাহংগী পাওথুম ওইবা রারোলবু, না-তাবিয়ো। মালেম তাইবঙ্‌ ফমপাক্‌থক অসিদা নমু তাইবঙ্‌ মীওইবগী মপোক ওইবা, অথোয়বা মপোক অসিবু শোকপা ফংজরবা ।।

৯১ নমু মীপোক থারকপাশীংনা থবাই মমিরেলগু
ফংতা মহৈ চানা মালেম লৈবা তাখিরাকনে
হায়রপকি, পনথৌ মপা শাংমাগা, পলেম মমা
পোকমাগী অনিগু খোইয়ুম লাই তোইননা ॥

মরাইবক ফবা মপোক তাইবঙ্‌, নমু মীওইবশীংনা, মা-মাকি থবাই মমিরেলপু, ফংতা লমচং চংনা, তাইবঙ্‌গী লাংলোল কয়াশীংদা লাংথুখিহুনা, মালেম লৈবা তাখিরাকনে হায়রবগীদমক, পোকপিবা পলেম পম্বো ওইবা অনিমাবু, মিংনা শং-শং উবা খোইয়ুম লাইনি হায়না পুকনিং রাখল থন্না থোগল তৌজহুনা ॥

৯২ কুরুম শনা মখোঙ্‌থাতা য়ুমলপী পরে চেং,
থবাই হকচাং কংনা থৌমল পুরুমচাতুনা, চিঙঙু তাইপঙ্‌
মপুরেল হঞ্জি খোইয়ুম লাইয়িংথৌপু পুক্লিং তাইচিন্‌নানা,
লমপী অতাংপাতা পুক্লিং মচিন থৈ ॥

মা-মাগী লমজিং লমতাক পাওতাক পিবিবা কুরুম ওইবগী মথাংথংবু থোকাওবা লৈতনা, পুকনিং হকচাং অনিনা লৈপুন শানা (ওইনা) থুরুম খাচংজাহুনা, তেংবালববু শেঙ্গীরকপা হঞ্জি হায়না মিংকৌবা পম্বো পাগী, পলেম পীগী শকলোল ওইবা, লৈরি ওইরি ঙন্নমক মপু মাগী মমিরেল ওইবা তাইবঙ্‌, হকচাং অমা ওইবগী পুকনিং লমচংনা, মপু মাগী শেংলাবা অমক্‌পা লৈরবা লমলেল্‌দা পুক্লিং মিংয়েং থন্না চংচানবগী থৌরমবু ॥

৯৩ সমু মহাকচাংকি মতো অয়োনপা, চিনকোই মন্নাথংকি
থৌরম অরানশঙং, পান্নমা য়ুলকোইনুংকি পুকনিং
ফংতাপকা মরম অহম্বা অসিনা ॥

মী মহাক, মশা মশানা, পুক্লিং অনি লোংদনা খঙ্‌না ঙাকলিবশীংগী অথোয়বা থৌরম ওইবদি, মী মহাক-মহাকনা চুমদবা অরানবনি খঙ্‌লাববু লোকত্রবা রাহে রায়োল অকনবা অথিবা মীগী মপুক নাগদোববু হায়দ্রবা, পুকনিং রাখলদা ফংতবা ওইদ-নংতাববু থন্দবা, অশুম্না ওইবা থৌরম অসি ঙাকপগা ইরোইনানা ॥

৯৪ থরাই তোংঙানপা কনা অমাতা, থৌরম অরাপা মতৌ হুংশিপা
থোক্লাতৌপা পুমনামাতা, ৱুলপী পুক্লিং চেৎনা ঙাকচারপাকা,
তাইপঙ, নোংশাঙালকি পোৎশক নিংথিরপা থৈশিকতা অপাম
নুংচঙ্‌পা ॥

মথল মথলগী শকতম ওইনা লৈরিবা থরাই পানবশীংদা, অবা অনা থোকাদৌবা, মপন্ক্লিং ৱারোনা হুংঙাইবোইদৌবা, ৱারোল থৌরম পন্মনামকপন্, পন্কনিংনা চেৎনা ঙাকচারবগা। তেংবানবা অসিদা থোকলি ওইরি লৈরিবা, অথক অরং অমদি হিরম থৌরম পন্মনামকতা মিতাবা ॥

৯৫ লৌনিং অপেন নাইতনা চানিং ম্লিথৌ লাংপাঙং, নাপল
ময়াম্ কাপেকি কনচাও ৱিথক হৌকুমনা ৱুলপী পুকনিং ফিংলিপা,
পুকনিং অঙক চঙ্‌না পায়মা ফুমপংনরিসা ॥

পোৎলম অযাপ্পা, ঐ ইশাগী ওইজনি বনা লৌশীং কাংলোল থিজ্না পেনবা লৈতবামথৈ কংনবা হেৎনবা। কনা-কনাবু পিজ-পিথকনিংদনা, ইতোমতা চানাবা থকনাবা থৌরাংবা (পিজনিংদবা)। ঐ মঙাইবে হায়না পন্কনিং ৱাখলদা চাওথোকনা, লাইজ ঈশীং অচৌবগী ইথক ইপোম হৌ-গুম্না, থৌদৌ লিচং শাচং ফিংলিবা, হিরম থৌবম কৱাদা, তৌশিরা তৌক্তম্‌শিরা হায়না লাইথায় ঙাবা ঙমদানা উংজ্না লৈবা ॥

৯৬ থৌরম অসিশীংপু লাপ্পা হুল্‌লানথোক্লাপকা, থরাই মমিরেলকি
চান্‌না লল্‌খুম অশেংপান্না, লাই বু রুম অনিমাকি খ্না মথোঙথাতা
অপাম পুকনিং চঙ্‌পাপ অপেন্‌পাপু লৈতনা থৈশিন্‌চারপাকা ॥

অশুমনা ওইবা, ফংতবা হিরমশীং অসিবু লাপা হন্দোক্লাবগা, য়ায়বী থরাই মানা চঙ্‌হ্না লৈরিবা তোংঙান-তোংঙানবা মশক শক্তম পন্মনামকপন্, তেংপানবা মপন্শুম নিঙ্‌না থল্‌না, পন্কনিং ৱাখল মিংয়েং থম্না নুংশিবা, থোইযুম লাইরমলেলগী ওইবা হিবমদা পাওতাক পিবিরিবা কুরুম ওইবা অথঙ, অহৈ মী অথোইবগী মফমদা পন্কনিং ৱাখল শেংনা চঙ্‌জহ্না, অপেনবা নাইদবা পন্কনিংবু কুরুমগী পাওতাক কয়া তাজনা পন্কনিং খুজুম চন্লনাঙেনে ॥

৯৭ পনথৌ ম্লিপা ম্লিমা অনিমাপু্ঙং, অহল থক্লিঙং লল্‌খুম ম্লিকাই
থোইনা লোয়নাপা, নাহা মখাকিপন্ঙং থৌচাল শমচিল-নাপন্
নোংপন্ম মহৌশাকি পন্কনিং কাইহলতানা ললখুম ম্লিকাই খঙলাপা ॥

পোকপিবা, ইপা ইমা অনিমাগুংতং, অহল ইবুকথোকবেবুগুং থকশী লাশী খঙ্‌না ঙাক্না চৎপগা লোয়ননা, ইথা তাবা নাহা ইচা ইনাও কয়াবুত নুংশী চান্নাবগী মিথয়েং থোরমনা, থৌ ওইনা কাওবা লৈতবা, মী মহাক্কি মহোলাদগী হৈনাবী অমাগুম পুক্নিং রাখল হোত্তদনা, অরানবা থবক থোরমবু মতোম ইকায়বা খঙ্‌লিবা ॥

> ৯৮
>
> অসিকুমলপা নমু তাইপঙ, মীওইতি, থরাই মাকি
> মমিরেলপু, পায়মা লৌশীং অশেংপানা মতোম
> নিংশীংচাতুনা থঙ্গোই লাইয়িম শেংহল্লাপকা
> য়েলহেন, য়েলক্রম খঙ্‌না চিনচাক শেংনা চারাপা ॥

অসিগুম্বা মীওই মহাক্তী, য়ায়বী থরাই ওইবা মপদ্ মাগী মমিরেলবু পুক্নিং রাখল অশেংবা, মপদ্ মকুনি মিংশীংজনা, পুকনিং থঙ্গোইবু লৌশীংনা শেংহন্দুনা, চাবি থক্লিবা চিঙ্ঙাক অশেংবা অচ[illegible] ঙাক, চাবা, লাকমৈ অমদি থাজগী য়েলহেনবু ঙাকপা, তোংশিন য়ানর্শান অফং অফংবা [illegible] চানবা ॥

> ৯৯
>
> য়াহিপরোল খঙ্‌লাপা, খোমলেল তুমকুন হৈবাপা
> তাইপঙ, মীওইশীংতি, মীপোক থোয়না শেংলাপা
> থরাই মমিলেলপু য়ায়পী থৌচাল হৈরাসাজো ভৌনা কৌয়ে ॥

য়াত্তাফম হিপফম মফমবু খঙ্‌না হিন্না তুম্না ওইবা থোরমবু অসিনি হায়না খঙনা তুম্বা হৈবা, তাইবঙ, মীওইবা মহাক্তী, মীওইপোক মপেক অসিবদ্ খঙ্‌লাবা, অমদি, য়ায়পী থরাই ওইবা মপদ্গী মমিরেল ওইরিবগা চান্নাবা হৈরবা, তেংবনবা মপদ্না চানবিরবা মী হায়না কৌনয়ে ॥

> ১০০
>
> অসিবু মপা নমু মীপোক য়াম্নকাপা অশীংতি, মালেম
> তাইপঙ, পালকি অরা মৈশা লাংপা, নুংশী চৈথৈ তাপাকানা,
> লাংবোন মপোক খুতিংতা ফংহ তারপানে ॥

অসিগুম্বা নমু মীওইপোক য়ায়ফবা ওইরাবশীং অসিদি, তাইবঙ, পানবগী অরাম থোরাবা কললক মিহৌবা, অরাবা মৈশা লাংবা পুকনিং নুংশীবনাচিংবা থোরমবদ্, মপোক মপোক খুদিংদা থোক্লরোইদৌবা অথোয়বা মীওইপোকনে ॥

১০১
থোৱম থোইনা চেৎলাপা অসিশীংগী তোঙমদিশা
নম্মু মীওইস্নোকশীংনা, য়েল্লাং সিন্না হিতাকপ,
খঙ্লাপওং, শিংলেল অরেমপা মশেল্লনে হায়রগা
তারম লেপ্পামক খঙ্চৌজো ॥

অতম্না, অথোইপা ওইবা অথোইবা থোৱম অসিবু তোঙমদারিবা নম্মু তাইবঙ, মীওইবশীংদি, সিদ হিদাক ওইবা য়েল্লম মশক খঙ্লাবগ্, থরাই পানবশীংদা কাম্মানাবা খঙ্হনমদ্রবদি, মীওই অদো, অরেম্বা মপোক লাংওলনে হায়ববু শেংনা খঙ্চোজো হায়রম্রবনে ॥

১০২
হে হোঙ্নেম লৈকোয়পাজো, তাইপঙ নম্মু পোঙ,
য়োইপা অসিগী লিল্চেল মরমচৎনা য়াওরো
শাও মরোইথোকখিয়ে, খোইয়ুম লাইগী মারোইখিয়ে,
নম্মু মীগী মরোইরিয়ে ॥

চেদা চুরাং সলাইগী পুকোক ওইবাজো, তাইবঙ, মীওইবা অসিদি মরিংজেল মথোননা মরমচৎনা লমলক্কি শাগা পাংথক ওইবগী ময়াওয়ে, চিঙগু খোইয়ুম লাই ওইবগী ময়াওয়ে, অদোংবা তাইবঙ, মীওই মীচম অমা ওইনবু পুনসি মতোল লোম্নাবা মশেলনে ॥

১০৩
মতৌ পানতম-মতি, তাইপঙ, মালেম হমপাকতা
থবাইগালশীংকি য়ায়ফা থোৱম পাংথোক্না পুন্সি
লমতাং য়োইখিপা অথোইপা মী মহাকতি, সিদ থরোং খিয়াজে ॥

থুদমমদি, মালেম হমপাকথক অসিদা লৈরিবা থরাই ওইরি থৈবিককি য়ায়ফানাবা থোৱাংনা হিয়ম থোৱম পাংথোকপনা মথৌ ওইনা পুনসি মতোল লোম্নবা অথোইবা মী মহাকতি, কোলোই মিংলেল পল্নানা নিংশীংনাজে ॥

১০৪

> কোলোই পুকম খোঁকাওনাতনাপা মিংলেল খুফম
> লিংনা কুমওল কুমওল খুতিং, নিংশীং থৌরম পাংনা
> মতিক ময়ায় তেংথানা, হৈয়াং হৈকা, লৈয়াং লৈতমজিপাতি
> য়ায়ফা মপোক লাংথোক-মনে ॥

শ্রী মহাকনা হায়রদ্বা তৌরদ্বা চংলদ্বা হিরম থৌরম্‌বু য়াকাংনাদনা মশীং মিংলেন পল্লুনা খুযম লিংঙ্গনা, কুমজা কুমজা থাদিংগী কুমওল ওইরকপা মতমদা হৈ-লৈ লাংঙ্গনা মতিক ময়ায় লৈথানা খোঁকাওনদ্রিবা, থবাইনা ওইরদ্বা শকতম্ মিংলেল মহাকতি, অথোইবা মপোক লাংওল অমনে ॥

১০৫

> মতৌ থৌওং অসিগু, তাইপঙ্‌ নমু য়োইপানা
> পোক্‌লাপতি সিকানে, সিরাপতি পোক্লনে, হায়পা
> থৌরমকি মথেগু পানতম খুংথিন-মনে ॥

অশদ্বো ওইবা হিরম থৌরম অসি লৈপানা, তাইবঙ্‌ মীওইবা ওইনা পোকলমপানা শিখিরাপকা, অমুক অনৌবা মপোক অমা পোকই হায়রবগী বারোলবু, থোদো চংনাবি অমা ওইনা চংনরিবদা খুংথিন পান্দম অমাবু হায়রবাতনে ॥

১০৬

> অতম নমু তাইপঙ্‌, মীওইপনা, লমচং লিলচেল
> মতৌগু, তাইপঙ্‌ নোংশাপালকি নমু মী য়োইরিপা
> থৈপিককি সমু হকতা থেংনা মতোম মতোম পুনরিপা
> মশেলনে, অসিনগুং মতোমতে ॥

অশুম্বা ওইবা মীওইবগী লিচং শাচং মতৌবু, তেংপাংবদা নমু মী ওইরিবা পুম্নামককি মশা মশাদা পক্লা য়াওনা মা-মানা পুজরিকনা, মা-মানা তেঙ্গবা মহেৎ্থ, মা মামা ফংনরিয়ে। বারম অসিনগু লোয়বা নত্তে ॥

১০৭

> তাইপঙ্‌ মীপোক য়ায়ফপা থবাই চংথোন্‌পশীংনা
> থোইদ্রম লাইরম লেলকি থৌরম অরেপ্পা চারম অমুলপা কৌপাতি,
> মতোম সমু মহাকচাংগু য়ুলপী লাইনিংশীংনা নীংশীংচারুপকা ॥

তাইবঙ্‌, মী, মীওইপোক মপোক অকাবশীংনা, থবাই মকচাং মরম খঙ্‌না, খোইয়ুমে লাই হাররিবগী লিচৎ অশেংবসু লাইনিঙ্‌না মরম মূন্না খঙ্‌লাবা মীওই মহাক্তী, মদা মতোমতাপদ্‌ মশক খঙ্‌চানা মপুক্লিংদা নিংশীংজনা খোইয়ুম লাইরমলেন্দা মিংয়েং থমনা ॥

১০৮
> পায়মা ব্রলকোইনুংকি পুক্লিং লাকওমতাপপু সমু মুংথুম
> চননা থৌচাল তাইচিল ওমলাগা, য়ায়পী থবাই ওাক্‌পতা
> পুক্লিং মহৌশাপু লোইরাগা, পুকনিং লাইচা য়িরিক লাইকুম
> শেংথোইগনা, থবাই হক্‌চাংপু খাইনাহনতনা তাইচিন ওমলাগা ॥

তাইবঙ্‌, মীওইবগী পুক্লিং ময়াম কাবা হিরম থৌরম ওয়ামকপদ্‌ খুত্থম চন্দুনা, অমিংবা অতপ্পা অশেংবা পুকনিং রাখলনা খোইয়ুম লাই হায়বা মহাক্কা শকখঙ্‌, মাইখঙ্‌নানা নকনবা ওয়বা। থবাই পানবশীংবু ওাকপি কনবিবাতনা মথো অমা ওইনা, পুকনিং রাখল লৌশীংবু লাইজ ঈশীং ইরেন পুঙ্‌গুম চুরবা, রাখল লৌশীংনা যায়বী থবাইবু সমু হকচাংদগী মনোং মতম ওইদ্রিঙৈ, খাইনাহন্দবগী হিরম থৌরম খঙ্‌না তাইনবা ওমলাবা ॥

১০৯
> মথোয় অসিকুমগা নমু মীওইশীংপু নমু থবাই চংথোনগা
> মী মরু ব্রলপী পুকনিং তপ্পাগাও তৌনা কোয়ে। মতিক
> লাইচা য়িরেল পুঙ্‌কুম গুপথোইগা অসিশীংনা, চিঙঙ্‌
> য়ায়পী মপুরেল সিতাপপু, খোইয়ুমে শামল জিকিনানা
> থবাই অরালপাপু তানফংনাখিয়ে ॥

মথোয় অসিগুম্বা মীওইপোক চঙ্‌খোলবাশীংদি, থবাই থোয়না লেংলবা মী অথোয়বা পুকনিং লৌশীংবা মীও, মপুক তপ্পা মীও হায়না কোনায়ে (খঙ্‌নায়ে)। মতিক ময়ায়বু ঈশীং ইরেল পুঙ্‌গুম ওইরবনা, অসিগুম্বা তাইবঙ্‌, মীওই মহাক্তী তেংবানবা মপুংগা লিরি অমাত্তা ওইনা, লংলা অনিনা অমত্তা ওইনা গুংশিন্না তাশিন্নাবগুম ওইরিবনা, তেংবানবা মপু হায়রিবা মহাকপু লেপ্পামক তানফংনবা ওইনখিয়ে ॥

১১০
> তাইপঙ্‌, নোংশাপারকি নমু চিলচেল, ফংতপানা, জিলচেল
> মতৌ অচোয়পু পুক্লিং মহৌশাপু লোইনা য়াথং কাম্‌না হায়গা,
> ব্রলপী পুকনিং য়াংনা মতৌ হেপ্পা চংগা, মৌনিং মিথৌ লাংনা
> অপাম পুকনিং চঙ্‌গা ॥

বারোল অমানা, ভাইবঙ্‌গী মালেম কমপাক থক্তা, নমু ভাইবঙ্‌, মী অমা ওইনা পোক্ক-রিবনা, মা-মানা তোজমল হোংনজমনগী মহৈ ওইবা অকবা ১দি কৎতবাবু, মীওই অচুনা হয়েং অরোইবা মতমগী খোঙ্‌শানখিবদা, মা-মাগী তোজমনগী মহৈ ওইনা, তেংবানবা মপ্‌না নোংদমথুবা অফা-কৎতা অনিগী খুফম, য়ুম লিংচুনা থম্বাগুম লৈরিবা লমদম মফম অচুদা বাইথুংনারুইয়ে, হায়বা বারোল লৈবদগী ভাইবঙ্‌, মীওইপোক অসি অতাংবা অথোয়বা মপোকনি খঙ্‌লিবা মীওইপোকশীংনা ॥

১১৪ | সমু মহাকচাংকি পুকনিং মতোম-মতোম, মাপু লৌশীং চাংকা
তমতুনা খোইয়ুম শনা মখোঙ্‌খাতা লিল্লচেল মরমচৎ অশেংগপু,
বুললগী পুকনিং লেপ্পা খুকম হোংহলতনা চেৎনা পান্নরিয়ে ॥

মশা-মশাগী পুক্রিং রাখলবু লৌশীংনা ফাজিন্দুনা খোইয়ুম লাই হায়রিবগী মফমদা চঙজচুনা, লমচৎ শাচৎ অশেংবা অচুম্বা পুকনিং অনি লোঙদনা অচেৎপা রাখল পুকনিং মিংয়েং থমনরিয়ে ॥

১১৫ | মতৌ অগুম ৱোইরিপা থরাই থোয়না শেংলাপা অসিরুমগাশীংপু,
মী মরূ খোইকোয়পা বুললপী পুক্রিং শেংলাপ অো তৌনা
কৌয়ে। মরম অসিকি তমকপু তাইপঙ, নোংশাপালকি
নমু মী ৱোইরিপা থৈপিকনা ॥

অগুম্না ওইবা থোরম লৈরিববু খঙ্‌লাবা মীওইবনা পুকনিং রাখল শেংলাবগী, মী মরক্তাগী অথোযবা মী, রাখল লৌশীং মৈরা থানবগুমলবা মীঅো তৌনা কৌনৈয়ে। অগুম্না ওইবা মতিক মযায় অসি লৈবদগী তেংবানবদা লৈরিবা থরাই পানবা থৈবিক্কি মমুৎদগী, নমু তাইবঙ্‌ মী অমা ওইনা ॥

১১৬ | বুললগী পুকনিং তপ্পা, পায়মা লিলচেল, শেংপা, য়াথং রাচুম
শপা, মরম অহুম্বা অসিপু চেৎনা ভাকলিপতি, খোইয়ুম
লাইরমলেলতা, খোয়ুমশীংনা শকখঙ্‌লাপা থরাই মহাকনে,
হে লুরাং সলাই হলপাঅো ॥

পুকনিং অতপ্পা, মিংয়েং অয়িংবা, রাখল লমচৎ থোনা অশেংবা উৎপা অচুম্বা বা ঙাক্তা হায়বা, থোরম অসিশীংনা মথোদাং ওইনা ঙাক্লা চৎলিবা মীওইশীংদি খোইয়ুম লাইরমলেলগী লমাইশীংনা শক খঙ্‌মরিবগী থোরম অতাংবনে, হে লুরাং লৈকোয়বাঅো ॥

১১৭ হে মুবাং সলাই হলপাওো, নঙ্গু মুদ্লগী পুক্রিং তম্না
না-তাচাওো। মালেম তাইপঙ্, পালপা অসিতা
মাঙাং নোংশিং অয়াংপনা য়াংইকুম, তাইপঙ্, নমু
মীওইপকি পুক্রিং ফাওমতাপা অসিনা কয়ামরুম হেন্না য়াংথোইগানে ॥

হে মুবাং সলাইগী মুচিংবাওো, নঙ্বু নপন্কনিং তপ্না না-তাচখো, মালেম তাইপঙ্, পানবা অসিদা, অয়াংবা মুংশিং হায়না খঙ্নারিবাবুত, নমু তাইবঙ্ মীওইবগী ফাবা ওমদ্রবা পন্কনিংনা শরুক কয়ামরুম থোয়না হেন্না য়াংলিবনে ॥

১১৮ তরং লাইচা মিপাকলেন ওমথৈ পানতম নাইতাপনা
পাকইকুম, তাইপঙ্, নমু মীওইপাকি পুকনিং পানতম
নাইতপা অসিনা থোয়না হেন্না পাকলিপনে, তুরেল
লৈঙোই অকুপ্পশংশং নমু মীকি পন্কনিংনা হেন্না কুপথোইয়ে ॥

ওমথৈ নাইদবামথৈ পাকই চাওই হায়নারিবা ইপাক ইরেলদগীবুশন্ তাইবঙ্ মীওইবগী পিক্লাবা পন্ক অসিনা থোয়না হেন্না পাকপা হেল্লিবনে। কুপ্পাবা তুরেলগী লৈঙোইদগীশন্, মীওইবগী পন্কনিং অসিনা থোইনা হেন্না কুপ্পা হেল্লিবনে ॥

১১৯ মতৌ অশন্বা খোইপা থৌরম লৈপানা, সমু হকচাংনটিংনা
থরাই মমিরেলশন্ং থৌরম অরেমপাতা শিংলেন অরেম্পকুম
অশম্মে অশন্ম মাংহললিপকি, তাইপঙ্, মীপোক অতাংপা,
মী মরু অথোয়পাশীংতি মতোম য়ায়পী লাইনিঙ্শীংনা ॥

মতৌ অশন্বা ওইবা হিরম লৈবনা, অরেন্বা কান্নদবা হিরম থৌরমদা পন্কনিং মাখল পাঙল লিজিনহনা মতম মাঙ্হল্লিবদি, মীওইপোক অথোয়বা অতাঙ্বা মপোক ওইরিবা মী মরু অথোয়বা-শীংনো মশা মতোমতকি পন্কনিং লৌশীংনা, মপন্কনিং কাজিনজহনা ॥

১২০ কুরুম চিনকোই ময়াথং হায়েল লমচং নিঙ্‌থিপাগু
নমু থবাই চঙ্‌খোনপা মীপোক য়াহ্নফমশীংনা, কোরৌ
নোংতামতা মিরূপ লেংতিল্‌ননা চিঙঙ্‌, লাইরি হায়নাপতা
ফমপী য়িমরোইনরিগশীংনা ॥

তাকপী তদ্বীরকপা কুরুমশীংগী পাওতাক পরিং বারোল নিংখিববু তাইবঙ, মীওইপোক অথোইবশীংনা নোংম ফাওবা লেপ্পা তৌদনা পুকনিং বাথল মিংয়েং মাময়খৈ পদ্‌নশিন্নাদুনা, খোইয়ুম লাইগী থুকম কংনানবগীদমক্তা লাইনিঙ্‌ পরৈ চঙ্‌না থন্না নৈনারিবশীংদি ॥

১২১ লাংকোই মরিল ঙমপা নমু মীকি মশক খোইনা, লাংকোই
মচুম তাপা শামু মতম মালপা পুকনিং লাকঙমতপশীংপু
খোইয়ুম লাইরমজেলতা বুলপী মচিন খৈনা চিংশিনঙমলাপা ॥

অয়াংবা শাগেলবু থুংচিরি নিনবুন লাককুম, মীওইবগী তমথিরাবা পুকনিং বাথল লমচং, অচৌবা শামুগী মংমংলাবু, খোইয়ুম লাইগী ওইবা লদ্বীদা পুকনিং মচিন খৈশিলনা চঙ্‌শিললক্লিবা ॥

১২২ নমু মীপোক থোইনা শেংলাপা অসিকুমপশীংতি
তাইপঙ, লাইচা তরংনুং ঙমখৈ পানতম নাইতপা
অসিতাকি থবাই লানঙনা লমদাং অরেম্নাপু লেম্না
তানফংমখিয়ে হায়তাপরা, হে নুবাং লৈকোয়পাওো ॥

মীওইপোক মপোক অথোয়পা লমচং পুকনিং লেংলবা মী মহাক্তী, তাইবঙ তরং ওইবা, লাইজা ইপাক ওইরাবগু ঙমখৈ হায়বা ঙমদবমখৈ পাকচাওরিবদগা, অরাবা ফংদনা ইলাই লাইনা লানথোকপা ঙম্নারিয়ে, হে নুবাং লৈকোয়পাওো ॥

১২৩ নমু মীপোক অতাংপা থবাই চঙ্‌খোলপা বুলপী
পুকনিং শেংলিপশীংতি, য়োয়ময়াই লাইরেল
তাওতলপনা কোরৌ নুমিৎ চুপখিপা খুতিংপু
সমু মহাকচাংকি মতৌ মরমচং ॥

মীওইশোক অতাংবা ওইরিবা, য়ায়বী থবাইবু করিনো হায়বা মরম মওং খঙ্‌লাবা মপ্‌কনিং অমকপা রাখল থোরম লৈতারবশীংদি, নোংমা হায়বা ঙুমিং অসিনা ঙানলমলাগা মমলবা মতম, অচুগা অমুক ঙানলকপা পান্দমগুম্‌, মী মথাক মথাক্কি মতৌ লমচং ॥

১২৪

লমচং অমাংপা প্‌মনামপু, মতোম র‌্লপী<br>
লাইনিঙ্‌শীংনা, পায়মা লৌশীং অশেংপনা<br>
মতৌ অমকপা লমচং অমাংপা খৈপিকপ্‌<br>
মতোম তাংচা ইকাইচানা ॥

শাচং অরান্‌বা থোকলক্লাদোবা থোরম ওইক্লাবশ্‌, মা-মাগী প্‌কনিং রাখল লোশীংনা, মতোমতা অফ-ফংতা খপ্পাজহ্‌না, অচুম্বা মরমবু খঙ্‌না, অমাংবা চুমদবা থোরম্বু মতোমতা লোল্‌না ইকাইজহ্‌না ॥

১২৫

লমচং লাইচা য়িরিক লাইকুম শেংথোইপা<br>
পুক্লিং অশেংপা খৈপিকপু থম্মোই লাইয়িমনুংতা<br>
লেপ্পা চিংশিন-ঙমলাপাকি, পুক্লিং অঙকপপ্‌<br>
কোকনা থম্মোই লাইয়িম ঙানলাপকি ॥

লমচং লিলচেল থৌনাবু ঈশীং ইরুগুম লুনা শেংলাবা, প্‌কনিং রাখল অচুম্বা অশেংববু, মী মহাক্কী থম্মোইদা লেংদনা মমি তারাবানা, অচুম্বা হিরম থোরম খঙ্‌লিবশীংদি, তাইবঙ্‌ পালগী চরক চাহিং নাইবা অঙকপা থোরমবু কোকনা (লৈতনা) প্‌কনিং থম্মোই ঙানলাবশীংনে ॥

১২৬

নমু মীওইপাতি, নমু মী মচং প্‌কনিং থোইনা শেংলবা<br>
জো তৌনা কৌয়ে। থবাই মাকি মমিরেলনা হি<br>
মরু গ্রুফম মকতাপপু লেপনা তানফংচানাহ্রিয়ে,<br>
অসিগুং মতোমতে ॥

অসিগুম্বা মী মহাক্তী, অথোয়বা অচঙ্‌বা অমাং আতা লৈত্রবা মী মপুক থোইনা শেংলাবা ও হায়না কৌনরিয়ে। মী মহাক্তি থরাই য়ায়পীরেলগুং, তেংবালবা মপাংগী অথোইবা ফত্রী-লেল ওইবা মফমবু লেপ্পমক য়োবা ঙমনাখিয়ে॥ অসিনচু লোইবা নত্তে॥

১২৭ তাইপঙ, নমু মীওইপা অসিশীংনা, থোইয়ুম লাইকি
থৌনে হায়গা খৈপিকতা, থৌরম অমামমপু ৱোইরাগগুং,
বুরুম শনা মখোঙ, খাতা বুলপী পুকনিং কংনা লেপনা পায়চারগাতি॥

তাইবঙ, মীওইবশীং অসিনা থোইয়ুম লাই ওইবিবগী থৌরম পন্নামকতা, মশক মওং থোকপা থৌরম তৌনা, লমজিং লমতাক পাওতাক পিবিরিবা কুরুমশীংবুশু মপুকনিং পেন্নানবগী হিরম থৌরমবু হৈনা, খঙনা, চেৎনা থাগোম্ব জরবনা॥

১২৮ থরাই মমিবেলকি থোবম ৱোইচাগপু, লেপনা মত্তোইরে।
নমু মীপোক য়াইফাপা বুলপী পুকনিং শেংলাপানা॥
থোইয়ুম লাইকি থৌরমতা পুকনিং চাচন চেৎ॥

য়ায়গী থরাই ওইবা মাগী ওইত্তবা মহে ফংবা ওইনরিয়ে। অসিৎম্বা মীপোক য়ায়ফবা পুকনিং শেংলাবা মহাক্রা, লাইগী থৌরম ওইবা খৈবিকতা মপুক্রিং চেৎলাবগী॥

১২৯ চিঙঙু লাইকি বারমতা থাচা পুক্রিং কনপা, য়াথং বাচুম
শুপানা পায়মা হুলেকোয়নুংপু মোইরেং য়োৎভরেং য়োৎকুম
চুমথোইরাপা মখোয় অসিশীংতি॥

থোইয়ুম লাইগী ওইবা থৌরম থুদিংদা পুক্রিং থাজবা থমনা মরিংজেল ফুদোকতুনা অচুম্বা অশেংবা বাফম ঙাকতা হায়বা, তোবা। পুক্রিং বাথল মিংৱেংবু মোইথাপ নাইবগী তরেং য়োৎকুম চুমবা মীওইশীংদি॥

১৩০ তাইপঙ. নোংশাপালতা নুংঙাই মরাং কাম্বনা পাল্লমলাপকা,
থরাই মমিরেলনা য়াম্নপী থুক্তম অথোয়সপু লেপ্লা
তানক্ষংচাখিঙনে, হে লুম্বাং লৈকোয়পাঞো ।।

তাইবঙ্, মালেম ফমপাকথক অসিদা মপুকনিং পেন্না নুংঙাইনা মতম কয়ামরুম মরাং কাযনা বাদনা হিংলম্লাবগা, তাইবঙ্ থাদোক্নিংবা মতমদা, মপু মহাক্কি অথোয়বা থুফমবু লেপ্তমক তান-কনাখিরে, হে লুবাং সনাইগী প্কোক ওইবাঞো ।।

১৩১ অসিনাঙং মতোমতে, তাইপঙ, নমু মীওইপা রক্তকি
পুকনিং থোয়্মনা শেংপা, কোলোই য়াথং চুম্না লিল্চেল
মরমচং অফপপু পুকনিং মহৌশাপু তোইরাপা ।।

অসিনাও লোইবা নত্তে, তাইবঙ্, মীওইবা য়ায়ফবা ওইগ্নিবাশীংগী মরক্তাগী, লমচং শাচং ফজবা, মপাক্লিং লেংবা, অচুম্বা অশেংবা ঙাক্তা হায়বা ঙাংবা, মরিংজেল মথোনানা অচুম্বা হিরম থোবমদা নিংহল্নাবা লৈতনা থোরম মাইরোং য়াবনা হৈনাবা ওইরিবা ।।

১৩২ সমু মহাকচাংপু মতোম তাংচা যিকাই থঙ্লাপা, নমু
তোংঙানপা থৈপিকপু থরাই মমিরেলকুম
নুংশী প্কনিং চঙ্না, থোচাল্ লাংকোন্-পিহৈপা ।।

মীওই মহাকনা, মশানা মশাবু ইকাইজবা থঙ্না, অতোপ্পা মীওই থুদিংমকপুগু মহাক মশামককি, মশামক্লি, থরাই য়াংবী কয়াবুশ মশা অমাতগী অমাতনি নিংনা থলনা, প্কনিং রাখল অনি লোংদনা মুংশী চালনা লোয়নাদুনা ঙাকপী হৈবা ।।

১৩৩ থৌরম মরম অসিশীংপু প্কনিং সমু থুংথুম চলনা
পায়চারপাকা ।। লিলচেল মতৌ অচোপ্পকি য়াথং রাকাম
হায়পা, বলপী প্কনিং য়াংপকি মতৌ হেপ্পা চংপা ।।

অশাম্বা ওইবা হিরম থৌরম অসিশীংবু, মপাকনিংদা কাংবা লৈতনা নিংশীংজদুনা থৌরমবু ঙাকলি-বানা। থৌরম থোথোক অচোপ্পা অরানবা, অচোপ্পা রাঙাং শাঙাং, অথিবা ঝহৈ থোহোক, রাথল প্কনিং ইমাং য়াংনা মীপাল তাংনা মতেং লৌনামবা ।।

১৩৪ য়াথং লৈনি লোংগা, টিনকোই পাওয়াল য়ামগা, টিনচাক
মরুম নাইত্তনা য়াঙ্গী থবাই ঙাক্তারগা, লমচৎ মতৌ
ফংতাগা মৈশিকপু চেৎনা ঙাকচায়াগকা ॥

ওইদবা নৎতাবা বারোল ঙাঙ্বা হায়ৰীনবা, বারম অমাথক্তৌদমক বায়াম ঙাংগলবা, চাবা থকপা অফ-ফৎতা থিদ খন্দামখৈ অফং অফংবা হেক্তা চাশিনবা, থবাই পানবা কয়াশীংবু হুংশিবা লৈত্তনা ( খঙ্দনা ) ছাৎলাবা, লিচৎ শাচৎ থোদো অসিশীংবু নিংশীংনা খঙ্না ঙাকচাহনা ॥

১৩৫ কুরুম থোচাল মপাওতাকপু, পাওতাক লিখুন মতুং য়িন্না
কুরুম য়া মখোঙ, খাতা চঙ্চানা, লৌশীং অশেংপনা কাশা
বাংগা মাইয়োকননা নিঙ্চারিবা অসিকুমগা মীওইগাতি ॥

পাওতাক পিবিরকপা কুরম মাগী মপাওতাকপু, কনাৎথশীংদা পাওদম্বদা অশেংবা অচুম্বা বারোলবু পাওদম্বা, লেইনানা কুরুম মাঙ্গী মখোঙ, খাবু নিংশীংজনা পাওতাকপদু কাপ্পদ্রবা পদ্মকনিং লোশীং মাঙ্দ্রবা মী মহাকতি, তেংবানবা মপাবু মমিৎনা লঙ-শং উনা, মাইয়োক থাবা ওইরাবনা ॥

১৩৬ থবাই য়াইগী মপুরেল কাশা চিঙ্গু বা সিতাগনা, চেৎলো
মিৎকুপ মারমতাগু থাথোকপিতনা য়োয়চালপিয়ে। কোলোই
মমিং থোংঙৎ, মী মরু থবাই শেংলাপথো তৌনা কৌয়ে ॥

মারবী থবাই ওইরিবগী ছোরকম ওইবা তেঙ্বানবগী মপাদু সিদবা মবুধৌনা মিৎকুপ অমা ফাওবা থাদোকতানা হুংশা চান্না লোইনারিবা মী মহাকনে। অশুন্না ওইবা মী মহাক অসিবু তাইবঙ্দা থোইদোক হেন্দোক্না অচৎবা মরু ওইরাবা, থবাই তশেংবা মী থায়নাবদু কৌনারিয়ে, (খঙ্নারিয়ে) ॥

১৩৭ নমু মীগোক য়ায়ফাপা মগোক অতাংপাশীংনা, মালেম
তাইপঙ, পালপা অসিকি পোৎলক নিংথি থোইপা,
নুংঙাই মরাং কায়পা, লৌনিং য়িখৌ লাংপা ॥

মীওইগোক য়ারকাবা ওইরবা, অতাংবা মী মহাক্তী তেংপানবদা লৈরিবা লনা থুপা অথক অয়ং থি য়ার নিংথিবা ফজবা, মিং ৎকশামথৈ নিংথিজারবা পোৎ চৈ পদ্মমকপদু লৌনিং ফংনিংবগী, মহাক মপাগী ৎইজনিংবগী অপাম্বা বাথল মিংৎয়েং থমহনা ॥

১৩৮ কারাম পুক্নিং নাইত্তাপগদং, পুক্নিং য়েক্ক চেক্‌না ময়ুলপী
পুক্নিং থিংনা শাওরিপনা, শাকে মপাচা, পনথো মপা
মমানচিংনা, তালোই মরূমপী মপারি মমোমলোম
অসি থৌপিকপু নুংশী পুকনিং চঙ্‌পাকি পুকনিং মরম
য়ামনা শনথোকলিপা থৌপিকপ্‌ ॥

পেনবা নায়দবগী পুকনিং রাখল শাগৎপা, পুকনিং রাখলদা মতম চুপ্পা য়েকনানাবা ওইনা শিংননিংবা পোকনা ফিংনা শাওগনবা। শাগেগী মপা মচা, মচিন মনাও মথক থোংবা অমদি, মপুরোইবা, তালোই নিপা দুপী থৈবিকতা হেৎলমা মিচং শংগন নাইবা থোরম থোথোক মিৎয়েং কয়ামুক লৈরিবনু ॥

১৩৯ লাপ্পা হুলনানথোক্‌নুনা, মিং নাকোং অনিমানাচিংনা
নাতোন চিন য়ানাচিংপা, সমু খোঙ্‌, খুৎনচিংপা
অসি থৌপিককি মতম য়াম্না শত্তোকলিপা ঙমনামাপু

করিত থন্দা, নিংশিংদুনা লাপ্পা থৈদেকতুনা। মিং নাকেংনাচিংবা চিন য়া নাতোন খোঙ্‌, খুৎ পুয়ামা অসিনা তৌবা ঙম্পা মথো মতিক কয়ামরূম লৈরিবনু ॥

১৪০ মুলপী খোইমৈ থানা তিনশীনচারপকা, থরাই হকচাং
অনিমা অসিপু পোৎশক অরেপ্পাপু নৎতাপনে, খোইয়ুম
লাইকি মশাৱোজনা মত্তৌ তৈনা রোলহল্লিপনে হায়পপু থঙ্‌চোঔ ॥

পুকনিং চনিং তানা খোইথা ত না থদ্বোঔ। থরাই অমদং হকচাং হায়না লৈরি ওইরিবা অসি অদোংবা অরেপ্পা লেংদবা মশক অমা ওইনা লৈবা য়ুবাবগু নৎতে, খোইয়ুম লাইগী মশাওলনা মশক মৎং অমাবু ওইরাবাতনে হায়বনু থঙ্‌জাতৈনে ॥

১৪১ থোরম অশুম কৈপানা, ফ্রমপী মরূম অশেংপা নমু মীরৈতপাতা
মতোম মুলপী লাইনিঙ্‌শীংনা থম্মোই কিন্দী পরে চেৎলাপকা থরাই
য়ামপী রাইখুংফমকি ফমপী লিরোল চঙ খোলপাতা থম্মোই লিরোল
চেৎনা খোইয়ুম লাইপু নিঙ্‌লাপা নমু মীপোক য়ায়মশাশীংতি ॥

অওয়া ওইবা মরম মওং কালম লৈবনা, চিক্লাবা মীচিক মীয়াওখোন ভানবা মতম অমদি মফমদা, পদ্‌কনিং বাখল চেৎনা, বাখল অনি লোঙ্‌দনা, থবাই য়ায়পী ওইবানা থুংলুগদৌরিবা লমলেল মফমবু, হৌজিকনা, মিৎনা শঙ-শং উহুনা লাইনিঙ্‌ পরৈ চেৎলিবা (চঙ্‌লিবা) মীপোক য়ায়ফবাশীংদি ॥

১৪২ | হয়ি তাইপঙ্‌, মপুরেলনা থম্মোই লাইহিমলেলতা ফমপী
যিম ওইনরিপাকি, থবাই মমিরেলনা হাকথক অমম কোকনা
য়ায়পীনা খুফম মক্‌তাপপু তানফংনখিয়ে হায়তাপরা ॥

হয়ি হায়না খঙনাবা তেংবানবগী মপদ্ পদ্মো মানা নমু মীওইবা মহাক্কি থম্মোই লাইমুমনুংদা ময়ুমগী মতম্রগুম লমদন্দুনা পোৎথাদুনা লৈরিবনা, অদুগুম্বা নমু মীওই মহাকতি, হন্দক লাংওল মপোক অসিগী অমম্বা খৈবিক লৈতনা (কোকনা) খুফম অথোয়ববু তানফংজানখিয়ে হায়তাপরা ॥

১৪৩ | অসিগুম মতোমতে, তাইপঙ্‌ নোংশাপাল অসিতা, নমু মীথমপোঙ্‌,
মীতমপাল পাম্মা লৌশীং লৈতপাশীংনা মতো লিলচেল
যৎতাপকি, পুকনিং হনয়েং তৌতানা তালোই মীতু য়েংপা,
পুকনিং ফাংলে তান্‌না নমু মীরল হুপা, য়াথং লৈনি লোংপা ॥

অসিনশদ্ লোইবা নতে, তাইবঙ্‌পাল অসদা মী ওইনা পোক্লারিবনা, অপঙ্‌ অশদ্‌ক চুবনা পদ্‌কনিং লৌশীং লৈতবা মীওই, মরিংচেল মথৌনাশদ্ হায়নিংঙাই লৈতনা ফৎতাবা হিরম থৌরমদ ভাক্তা ইচং থোবা। থবক থৌরম খুদিংমক্তা অফ-ফৎতা খঙ্গাবা ঙমদবা, মী অতোপ্পাগী মীতু-মরাবু অরোনবা বাথল থলনা কল্‌লকপা পোকপগী বাথল মিৎয়েং থম্বা, মীগী মপোং মরল হুবা, বাঙাং শঙাং ওইদবা ভাক্তা হায়বা ॥

১৪৪ | কোনোই চিনথোই হায়পা, য়ুলপী মথৌরাং চিনকোই ময়াথৎতকি
থবাই কনামপদ্ অঙা লান্‌নংহল্‌পা, তরা মচিনচাক্‌কি-তামকপদ্,
থবাই অঙাকপগদ্ লৈতাপা ॥

বা য়াম্না ভাংগনবা, মপদ্‌কনিংগী ওইবা বাখলনা শাগৎলকপা থৌরম, বাহৈ বারোলনা, অতোপ্পা থবাই পানবা কয়াশীংবুশদ্ অবা অনা, অমাং অতা থোকনানবা হায়বা, শিনবা। মা-মাগী মপদ্‌ক লাম্বানা চানিংবগীদমক্তা থবাই পানবা কয়াশীংবু ভাকপীবা লৈতবা ॥

১৪৫ ম্লায়পী থবাই হাংনা ম্লাথং অকামপা চিনকোয় নিংথিতাপপু
ম্লাম্লা হায়কনপা, পম্থো মপা মমা-পুগু মীয়াই হুন্‌লাননিরুপা,
অহল খোইয়ুম লাই ম্লোইপপ্‌ মীয়াই হুন্‌লান্‌নিরুপা ॥

থবাই পানবশীংবু হাংলাবগা বাচোপ খোনচোপ ঙাক্তা হায়বা ঙাংবা, ঙাংথোক হায়দে.কলক্রিবা বাংই বারোল ফজদবশীংবু কাংলোল কয়ামুক খোকনা শম্ভোকতুনা পঙাংলা ঙাংবা। মমা মপা ওইববু করিশু লৈতনা খোওইদনা থনবা, অহল লাইগুরুশীংবু শু ১দি খোইয়ুম লাইনিংববু, মিনম্বা ঙাক্তনি হায়না নিংনা খোওইদবা॥

১৪৬ পুকনিং থোওই লৈতনা মতৌ অয়োলপপু হৌন মরমচংপু
মরোইনরিপা নমু মীতমখী, লিলচেল মতৌ ফংতপা
মথোয় অসিকুমপশীংপু হয়েং থমনুং মথোঙ্‌চিনতা
ফংতা মহৈ অরুমপপু চানা, কোমলেল ৮৪ মাতা
লেপ্পামক মতানখিয়ে হায়তাপরা ॥

মপুক্লিংগী চপ চাবা ফিরেপ লৈতবা, হিরম থোরম অয়াম্বদা খোওইগম্বা পুকনিং বাংলনা মা মহাক্কি হৈন্বী লমচং শাচং ওইনা চংলিবা মীওইপোক তমথিরবা মীওইশীং অসিদি, হয়েং শিরবা মতমদা থমনুং লম্বী লমদাং ওইনা চংলকপদা, তেংবানবা মপুগী খুকম অথোয়ববু তানফংনেবা লম্বী ওইবগী খোঙ্‌বু খোইয়ুম লাইনা থিংজিনথিরবগীদমক, থবাই ম্লায়বী ওইবনা অবাবা কয়ামুক নংনা, মনম নমথিরবা কোমদা, মী মাগী য়াযবী থবাইনা তানাখিয়ে হায়দবরা॥

১৪৭ ফংতা পুকনিং ঙাকওম্লা, থবাই বনামপু অবাপা
লান্‌নংহুনতারপা, মতৌ মাকি লমচং নিংখিগপু
পলেম পম্থো অনিমাচিংনা, অহল মথক্তীশীংনা
মতৌ মাকি বায়েল লমচংপু থঙ্‌দাগনা, পুকনিং
হোয়য়াগিপতি, কশা কেবৌ মনোংথোনাগু
খোচাল মিংয়েং পিনায়ে ॥

মরম অসিনা, বাখল মিংয়েং থৌরম ফংত্রবা থৈবিকপু ভাক্লুবগা, থরাই ওইবা কনামদা অবা অনং থোকহল্লবা মী মহাক্কি মরমচং ফজবনা, মপা মমামচিংবা অদল মথক্কিশীংনা য়াবিরবা মী মহাক্কী তেংবানবগী মপু ওইবা মানগু মুংশী চানবিবা মিংয়েং থম্না থৌজাল লল্কুবিরিয়ে ॥

১৪৮ বারম অসি খঙ্না, থৌরম অয়োলপা মতৌ অরানপপু
চেংনা ঙাকচারগকা কুরুম থোচাল মশাওতাক, বারম
তানফংচারকপা চিঙঙ্ মিংলেল অথুপা মীংজো সিতাপপু
চিনকোই লাইমিং শোলনা, থরাই য়াইপী মপুরেলপ্ চায়ারপা ॥

অসিংহন্নাবা ফালম অসিবু খঙ্না, থৌরম অয়োনপা মতৌ অরানপপু অমদি বাঙাং থৌরম ওইদবা নংতবা থৈবিকপু চেংনা ঙাকচাদ্রুনা, তাকপী তন্নীরকপা (ওঝা) কুরুম ওইবা মহাক্কপী কংজরকপা মপ্ মাগী মিংথৈ মিংলেলবু শোজনা লাইনিঙ্ পরৈ চঙ্না, তেংবানবা মপু মাগা চাম্নবা মী অমা ওইরবনা ॥

১৪৯ তাইপঙ্, নমু পোঙ্, অসিশীংতি, তাইপঙ্, নোংশাপানবি নমু
থরাই চঙখোলপা, মী মরু থোইনা শেংলপা মীগো হায়না
খঙ্নারিয়ে, হে নুবাং সনাই হুলপাগো নঙ্পদ্ পুক্লিং পিনা না-তাচাগো ॥

মী মহাক্কী মালেম তেংবালবগী ফমপাক থক অসিদা, থরাই অচঙ্বা, চেকশিনবা মী অথোয়বা, মরু ওইবা মীগো হায়না খঙ্রিয়ে ॥ হে নুবাং সনাইগী পদ্কোক ওইবাগো, নঙ্বু নপ্ক্লিং চঙ্না, মিংযেং বাখল অনি লোংদনা না-তাচখো ॥

১৫০ তাইপঙ্, নোংশাপাল অসিতা নমু মীপু য়োইনা পাল্জিপা
অসিপদ্, সমু হকচাংতা মালং য়ায়পিরেল সিতাপনা
খজকোল য়াহোরক্লাপড়া, খমলৈ চেল্নাতানা অমল
সিকুম য়াংখিসপ্, কনা থৌজাম ওমতপা পঙনে ॥

মালেম থক অসিদা তাইবঙ্, মী অমা ওইনা পোক্লাবিবা অসিবু, মালং নোংশিং সিদবা মহাক্লা, তেংবানবদা শিন থুংনা হুমদ্রুনা শহুম চাওনা লৈরিবা নোংশাং থমকোল হায়বা মহাক্লা, নমু তাইবঙ্, মীওইবগী হকচাং-মুংদা চঙ্না শিংচিন, হুমজিল্-লক্লাবদা, অশিবা (নোংমদবা) ওইরিববু, কনানগু থাম্বা (থিংবা) ওমদবা মালেম থক্কি থরাই পানবনে ॥

১৫১ তাইপঙ্, নমু মীহকচাং অসিপ্ ঙাকপিনগা য়েক্ত তিংখঙ্
মচিন থেক্লা তাইচিন্নরপাতা, ফংতা মাংফম হেল্না পদ্সি
মক্তোন লোম্পপ্ লেয়া তানফংচাক্লেনে, হে নুবাং সনাই হুলপাগো ॥

অদুবু, তাইবঙ, হকচাং ওইরিবা ইশা অসিবু ঙাকচা শেঙনবগীদমক য়েক্না তিংখঙ, ওইগদৌবা যিবম থৌরমবু খিজিল খঙজিঙদুনা ঙাকলিবশীংদি, হিংনিংলি মথৈ হিংলমলগা পল্লি মতোন লোয়রিরে. হে দুবাং সনাইগী পিবা ওইবাঅে॥

১৫২ তাইপঙ, নোংশাপান অসিতা, যোমনু নুচা য়োইপীনা
তাইপঙ, লাংকি মরমনে, যোমনু চেংলৌ শককোয় হেনপী
তালোই নুংচানপীঙং শিংজেল নৈকি পাঙমনে। মপারি
নুংচানপা মযোম নুংঙলপীঙং তাইপঙ, লাংকি
মরোংনে, থমনৈ কুমপাক্তা চেম্রাক্সতে, অমল ঙাইরোইনখিদে॥

তাইবঙ,পান অসিদা মুপী ওইবীশীংনশু তাইবঙ,গী অথোয়বা লাংগী মশক অমানে। হায়বদি — মুপী মশক নিংথিবী ফজবী ওইবা অসিনা তাইবঙ, লাংগী মওং অমা ওইরিবগী মরমদি, নিংথজরবা শিংলেল নৈরাংগী পাংথক, কুম্বানে। অমনা মচা নিপা-মুপী নুংশিবা পাম্বা থৈবিকপ, শিবা মতমদা লোয়নাদুনা শিথিরদে চৎমিনখিদেরে॥

১৫৩ মুলপী পক্কনিং শেংনা থবাই মচিরেল,তপু খঙ,লাপতুম
হয়েং য়ায়থোঙ, সিরমলেল শাবা লম,মাথাংতা অফা
মহে বোইনা থবাই মাকি মমিরেলনা লেপ্লামক অমন
ঙাইরোইনখিঙনে হে,দুবাং সনাই হনপাঅো॥

পক্কনিং য়াথল অশেংবনা, য়ায়বী থবাই ওইরিববু তেংবানবা মপুমক্কি নিংনা খঙ,লাবশীংনা, হয়েং অমোইব মতমদা, মপু লমলেল ভয়া থোঙ,শানখিবদা, তাইবঙ, পানবদা থবাই মলক অমা ওইনা লৈরমলীবা মানা মিরেল তোংমুরাবগা লোয়নননা, তেংবানবা মপুগী মকম ফম্বীরেল থম্ফম অথোংববু তানফংনখিরে. হে দুবাং সনাই হনপাঅো॥

মঙাং চিনকোই য়িয়াথং, থোইয়ুম লাইরমলেল নমু
মিপোক মায়ফপা থবাই চঙ,থোলপাশীংকি লমচং
লাইচা য়িরিক লাইকুম শেংথোয়পা, থোইয়ুম লাইরমলেল

নিঙথিপা অসিগী ৱাংলপী পুক্নিং পিনা নাক্তাচারোঈ। হায়না অতুম পাওতাকপিরকপতা, লৈবাক হোঙনেম লৈকোয়পগী হকচাং মতু চুং, মিংকোই লাইচা য়িরম চেলনা নাক্তাচাখিয়ে হায়তাপরা ॥

হে লৈবাক কুচুপাঅো, নমু নোংপাল সলাই হলপা হোঙনেম লৈকোয়পাকি কোলোই মপাওহংতা, মঙাং কুরুম মপাওতাকতি অসিনাগুং মতোমত্তে ॥ নমু লৈবাক সলাই হলপাতি কাশা কুরুম মনোংথো মঙাং কুরুম শনা মথোঙ খাত্তা, অনৌপা চাংচৌ চেপ্পা লোয়না পাওহংচাখিয়ে ॥

হে, য়িপুঙশু মঙাং কুরুম কোয়ো ষিনোংথো অথোয়পাঅো, তাইপঙ নোংশাপালতা নমু মীপু য়োইনা পোক্লারিপা অসিগী চিঙঙু নোংতম মরাযেলনা পাচা শাকে নাম্লনা নোংতম শনশেমপিরমপাকি, তাইপঙ নমু মাওইবি থৈপিকনা শাকে শলনা লমতাংশাংকি, পুরি লমচং হৌনাপপু রাযেল লমকাইহলতানা চৎনারিপপু, তাইপঙ নোংশাপালকি মীপোক থোইনা লেংপা, থরাই চঙথোলপা মী মরু থোই-কোয়পাশীংনা, থরাই মমিরেলাকি ললতান পোৎশক অশেংপা, রায়েল লাইনিঙ অবেপ্পা, লমচং মতৌ থোইরাপা বরমপাপু রাংলপী চাচল চেংনা পায়চাখিরিপা। অমান, থোইয়ুম নোংতম মরায়েল শাকে শলনা লমতাং শাংকি পারি পুরি লমচং হৌনাপপু হুলশাল-লমতুনা, নমু মীওইপা পায়মা লোশীং তামপা, রায়েল লমচং থঙতাপাশীংনা শাকে পিপুকনুংতা থোরম তৌহৈরাপা মতৌ লমচং অবানপা করমপানা থংতা মহৈ চাখিপানো। মবম অনিমা অসিকি অফ-ফংত মহৈপু রাহমপিঅো ॥ হায়না অপুম পাওহংচারক্লাপতা মঙাং লাইনিঙশীং অনৌপা থোইয়ুম চিপা মঙলেল কোয়পনা রাহমলকয়ে ॥

হে হোঙনেম লৈকোয়পা নঙপু রাংলপী পুকনিং তপ্পা নাতাঅো। চিঙঙু নোংতম মরায়েলকিতি, মালেম তাইপঙ পালপা অসিতা নমু মী য়োইরিপা অসি হৈংপিকপু, থমলাংপা পাপল লেলকি শাকে শলনা লমতাংশাং পুরি লমচং হৌনাপানা, তাইপঙ নমু মীওইপাকি রাকোক লেলকু মররেল রায়েল অহলপা মহকনে হায়পপু লেপ্পা শনথঙচাঅো ॥

মীওইবনা মী অমা ওইবগী
ফংবা অক্ষ-ফংতা মহৈ ॥

১৫৪ মালেম তাইপঙ্‌পাল অসিতা নম্‌ মীওইরিপা
কনাক্নমপাশীংনা, য়িরেং পুপাল্‌লোলকি থৌরম
হৌনারকপা, শাকে মরমচৎপু ॥

তেংপালবা, মালেম ফমপাক থক অসিদা নম্‌ তাইবঙ্‌, মী অমা ওইনা পোক্লরিবশীংনা, মা-মাগী শাকে মপা মপুশীংনা হৌরকপগী হৌরকলোল, লিচৎ শাচৎ অশেংবা অচুম্বা চৎপা লিচৎ থৌরম্ব ॥

১৫৫ থোইমা নম্‌মুকননা হুল্‌লানথোক্লপা' তাইপঙ্‌ নম্‌ মীওইরিপা
অতুশীংকি, লমচৎ মতৌ ফংতাপকি থৌরম মহৈ মাংনা,
থবাই ঙল্‌তানথৌ অশেংপশু তৌতাপা ॥

মপাক্লিংনা কম্বিশু খন্দনা (থোওইদনা) থাদোক্লবা, অহুপুম্বা নম্‌ তাইবঙ মীওইবা, মী মহাক্কি মপাক্‌কনিং মরমচৎ থৌরম চুমদ্রবগী, মী মহাক অদুনা হোংনাজবা তৌজরিবা থৌরম পান্নামাশক্‌ অরেম্বা ওইরবনা মপোক লাংওল অসিগী,

১৫৬ পুকনিং ফংলে তান্‌পাকি অশেং অমাং খঙ্‌তানা হুন্নপী
মনিং চৎলাপা, অসিক্নমপাশীংকি লমচৎ কারন চল্‌লাপা,
নম্‌ মী মতোন থবাই মীপোক অমাংপা লৈখা তারাপা
মীজো তৌনা কৌয়ে, হে মুবাং লৈকোইপাজো ॥

মপাক্ক শেংদবা ফংতাবা ওইরবনা, অশেং অমাংবম্‌ খঙ্‌দ্রবা (চৎনবী চৎনারোলশীং খঙ্‌দ্রবা)। হিরম থৌরম অয়াম্বদা মনিং তৌনা-তৌনা পাংথোক্‌কন্‌বা, অসিগুম্বা মীংহৈ লমচৎ শাচৎ চুমদ্রবা মীওইপোক অতোনবা মহাক্কি থবাই য়ায়বী ওইরিববু, মী মহাক মশানা লৈখা তানানবা শিনজরবা (মতৌজরবা) মী জো, হায়না খঙ্‌নরিয়ে, হে মুবাং লৈকোয়পাজো ॥

১৫৭ | নমু মীওইপানা খোঙ্কাপ থাকম য়েংতাপনা সমু
খোঙ্থাব শোয়পাতি, লৌমিং ফিথৌ জাংপাকি সমু
খুংলাম তোয়পাতি, পোঙ্পাও বাত্তারমপু খাথং জাপে
হায়পতি, লৌনিঙ্ খুরাল খামপাকি পুকনিং ক্ষমহোং
তোইপাতি, খোইয়দ্রে লাইকি খোঙ্পু খোঙ্থিং পৌবোজনাথিরে ॥

নমু তাইবঙ্ মীওইবনা, মা-মানা মখোঙ্না চংলিববু, খোঙ্ফম খোঙ্নেৎফম মেংদু উবদবগী, মখোঙ্ থাফম শোয়রিবা, লৌনিং চানিংবনা মপুকনিং লাংতকননা, অতোপ্পগী মপোৎ মরল লোগনবা, কনাংশ্বা মীনা হায়নাবা ভাংনাবা বাবু তারবগা, অতোপ্পদা পাওদপ্পা ওম্না তৈনানা হায়শীন তমশীনগনবা মী মহাক্তী, লৌনিং ইখোলাংবগী বাথল মিংয়েংনা নিংতক-নিংতকপা হিরম খোরম ভাক্তা তৌবা ওইরাবনা, খোইচুম লাইগী মফমদা, মী মহাক্তী অয়োইবা মফমদা চঙ্লক্লিববু, খোইয়ুমনা খোঙ্ থিংজিন্দুনা চঙ্হলনাদেয়ে ॥

১৫৮ | তাইপঙ্ নমু পোঙ্ বোইপা য়িখোয়পু হৌরেল সিকানে
কানা খঙ্ঙমতে, হয়েৎ নাকানে হায়না খুললক পাওকা
চেলনা, নাহা অহল লেংশিলননা পাল্পা পুঙপু নংতে ॥

তাইবঙ্ মী ওইনা পোক্লারিবা ঐখোয় অসে, হোরেল সিগনি হায়ববু কনানা খঙ্নাদে (খঙ্'নাদে)। হয়েংদগী হৌনা অনাবা হায়বা অচু ওইরাগনি হায়না খুললক মীপুম খুংনা চংনা পাও চেনখোকতুনা ১দি, নাহা অহল খায়না শিনগদৌবনি হায়বগী অরেপ্পা খোরম ওইনা পালবা তাইবঙ্ পালববু ওইদবনা ॥

১৫৯ | পুন্সি ফিবাল লৈ অরাং শরু লুতোং লৈতি, থম্না লুয়োই
থক্তা তরুং লাইচা ফিনা পককুমপানে। পোনচেংনুংকি
তেনোইকুম, খাইগী থরাই যোইপানা পোললিংখিপাতা
সমু খুৎনা লাকনা থোঞাম ভমতাপনে। লাইচা কোংপোল
তাকক্যু খঙ্লোতানা পালপা পুঙ্নে ॥

মতম কৌবা পুন্সি চেংজেল, শিংলেল লৈরাংগী পাম্ফমগুম্বা, অরাংবা কোয়ৌ থক্তাগী লাক্লাবগা তাইবঙ্গী লুতোংদা শিংলেল লৈরাং শাংপগী পাম্ফম ওইনা লৈরিবা থরাই মায়বী ওইবদি, লাইজা ইয়োনসুংগী থম্না থক্তা পকপা কোয়ৌদগী তারকপা ভমং লাইজা ঈশীংগুম্বানে।

পোন মচুংদা য়েকপা চেক্লা উচেক্লা, পোন্নগী লিংথোকপা পাইথোকখিবা, থুংনা কাবা মহোদয়া অহুম্বা, চেক্লা মতম ওইবা রাজনী থম্লাইনেং। লাইজা কল কোংথোল লিক্লা ওইরম্লাগা, লাইজা ইরোলচুংদা কোংগোজনা তিনখিবগী পুনশিনে ॥

> ১৬০ তালোয় মরুম্মগী, থংজেল মগু অরোইপা, মপারি মুংচালপা
> মমোম নুংক্কোলগীগুং, অমল ঙাইরোইনাখিতে, মরল
> য়াবা পুচাও লোইপা, তম্রম নাইয়াম্মা লোইপা, কাওরেল
> শনকোন থনপা পুম্নামাপু, অমল মানা থোঙ্লোই ঙাইরোইনাখিতে ॥

মী মহাক মহাক্কী লোইনাবি, মপুরোইবা, অমদি পাম্মুবা মুংশিরাবা মচা নিপা মুপীনচিংবাশিংবু হয়েং শিবা মতমদা লোমনানা থক শিমিম্নাখিদে। বানা গুম্না তানজরম্বা মরল, কাওরেল শল শামু শাগোল, শনা চুপা, হি য়াই, অমদি মনাই কয়াশীংবুত লোইনানা অরোইবা মতমগী থোঙ্চং, শিরাবা মতমদা অমাত্তা লোইনাখিদে ॥

> ১৬১ কুরুম কোলোয় মপাওতাক,তাকি ফংচারকপা বারম
> অচেৎপানা বাচুম লল্পু থোইনা, মা-মানা নিঙ্পাতা
> লাংথোল্নায়ে। বারম অসিকি তামকপদু, থোথল
> অরেপ্পা, থাচঙ, অমোমলপা, মতৌ অরুম্বকপানা, ললথোই
> তানপাদু, থিনঙ্কারোইরে ॥

অথঙ্, অহৈ কুরুম লাই ওইবশিংদগী ফংজরকপা পাংতোক্কী বারম লিকথুল অশেংবনা, মা-মাগী অশেংবা মরল লেংদ্রবা ওইদুনা, পুক্নিং থম্না মপোক লাংওল্নারিয়ে। অগুম্না ওইবা মরম অসি লৈবনা, থকশী থাশী থঙ্না, পুক্নিং অয়িংবা অতপ্পানা, লৈশি লৈথোক্তাহনা, কুরুমগী মফমদা হায়জা চঙ্জাহনা, হয়েং অরোইবা মতমগী ওইবা, ওইজাবা লল্থোই তানববু থিনফারোইদোৱনে ॥

> ১৬২ চিঙঙ্কি নোংতম্না মরাইপক ফপা রোইপাতি, পোনগী
> থোঙ্না হৈপাক্লা থোঙ্না চৎপা চিনচাক থিপানা চেক্লা মপ্চক
> মথল্লে। ঙান্নু থেরাচাওং পোজগী চিম্ম হৈপনা চেক্লা মপ্চক মথল্লে ॥

ত্তেবালবা মপুগী থৌজালনা গরাইবক ফবনি হায়নরিবদি, পোলপী চেক্লা মখোঙনা চংনা মচিঞ্জাক থিবনা চেক্লা মপান্ক থনবা ঙময়ে। চিন্না হৈনাবা ঙান্নু খৈরাচাপ্নুং মচিন্না মচিঞ্জাক থিনা চানা মপান্ক মথললে ।।

১৬৩ | নমু পোঙ, রোইপা য়িখোয়গুং মা-মানা নিংপা হৈনরিপা
থৌরমনা, খোইয়ুম লাইকি নোংতমনে, হায়না মরোইরিপনে।
পুন্নিং হান্না য়াংনা হায়ফা তৌফরোইয়ে, য়াথং থোইয়া
শমহৈতে, থরাই মশক পুন্নামাপু থরাই অমাতনে নিঙ্‌ঙৈনে ।।

তাইবঙ, মীওইবা ঐখোয়গুং মা-মানা হৈনারিবা থৌরমনা খোইয়ুম লাইগী নোংদম ওইনা মুংঙাই পুন্নিং থুবা ওইনারিযে। মী অমগী থৌরমবু, মী-মানা তাথি তা-ওইনা হায়ফা ঙাংফাহৈদে, শা অমনা মপান্ক্রিংগী ওইবা রাবোল ফোংদোক্রিববু মরক থংনা রা ঙাংফাদবনে।। থরাই পান্নামকপা নশামক্কি থরাই ওইবা মশাগী মশা অমাতনে হায়না নিংঙৈনে ।।

১৬৭ | তাইপঙ, নোংশাপালকি থৌরম অপৈপা কোংকোই লাংথু
য়ামপা কয়াশীংনা নমু পোঙ, রোইপাপু লাংথুনরিপতি
লাংশক চেংলৌ মিৎথিৎ-লুতাপকিনে ।।

তাইবঙ, পানবা অসিদা, চুমদবা অরানবা থৌরম কয়ামুকনা কেংগোই কিশী শেন্না থাক্রিবা লাং কয়ামুকশীংবু, নমু মীওইবশীংনা লাংলোল, লাংশক থঙ্‌নু-উরুদবদগী, লাংলোল করাশীংদা লাংথুনবিয়ে। লাংলোল মতৌ থরাদি,

১৬৫ | কনচাও কোলোই মিকি লাং, চিরোল মীবোল চোইশাংলাং,
থুৎপাই শোকফম থঙ্‌তা লাং, শাকৈ ঙাইরি য়েক্রা লাং,
লৈকাই কোমফুৎ রোনথা লাং ।।

কনাগুম্বশীংবু কিনানবা, খংনানবা রাজাও ঙাংবা, মীবু ইকাইনবা ১দি মাংনানবা চিরোন তৌবা, ওন্না তৈনাবা রা হায়জিনবা, শোকহৈ পায়হৈদবাবু শোক্কন পায়গনবা, শাগৈ ঙায় ওইবশীংবু নুংশিনাদনবা শিনবা, লৈকাই মরূপ মপিজানা নুংশীদনবা ঙাংবা তৌবা ।।

১৬৬ | থকশী কারন হৈথাই লাং, থাশী থৌচাল তামপা রোনথা লাং,
শাক্ক মাংলম শোথাক লাং, তুংলম তিমেল তা-পাল লাং ।।

থকশী থাশী খঙ্দনা (ঙাক্লনা) হায়নিঙ্বা ঙাংনিংবা পঙ্হায়দা হায়বা, মখা তাবা নহানি হায়মহৌনত উপিং খওইদবা বাঙাং অমদি মিংয়েং থম্বা, মী মহাক্কি মমাংদা শো থাকপগী মতমগুম্না থাকলাবা লাং, মতুংদনা, তা-মচিন অতুম্বনা শোকনিং-শোকনিং থাকলাবা লাংগুম্না ॥

১৬৭ নম্ন থুংনাকোংকোই লাং, শরি মিনম লাংথাক্কবা, তাংচা
য়িকাই খঙ্তা লাং, লৌশীং মিনম লাংথাক বা, মথংতা
মিনম শরি বাক্কি লাং ॥

মীওইবশীংবু থুনানবা লাং, ওইদবা চুমদবা বারোলবু রাশকতুনা অচুম্বা শাবা উংপা লাং, অকিবা লৈতনা ইকাইবা খঙ্দবা লাং, পৃক্লিং লৌশীংনা শেম শাত্নুনা মিনমহনা থাকপা লাং, ওইদবা নংতাবা বারোলবু বাশকতুনা থাজহনবা হোংনবা লাং ॥

১৬৮ লাংশীং অসিনা থুকানে কনা খঙ তাপকি, চেংলৌ মিংবুপ
পুংচা হাংতনা লাংথুনারিয়ে ॥ শাবা লাংলি লাংলোল
কোকনাবা মরুপ লেংতিল-নাঙৈনে ॥

অশুম্না ওইবা লাং কয়াশীং অসিনা থুগনি হায়ববু খঙ্দা উদাবদগী, তাইবঙ, মীওইবশীং কয়-কয়া, মিংকুপ পৃংজা কাংদনা, ফংতবা মহে ওইবশীং অসিনা লাংথুনবিবা কয়ানে। অসিগুম্বা, ফংতা লাংলোলশীং অসিনা লাংথুবা ওমদানবা, হিরম থোৱম খৈবিকতা, পৃকনিং লৌশীং লৈবা মীবু তিন্নানা বা-তাম্নাঙৈনে ॥

১৬৯ ঐনে ময়াম্ন কাপাতি বাংলৈ য়ুপু হেললে,
য়ায়পী য়েকনা চেনফারোই, কোলোই চম্বা হায়ফবোই,
য়াথং থোইয়া শমহৈতে ॥

ঐ মঙাইরে হায়না খননা নিংলিবদি, য়বু পংবমথৈ থকচিল্লরগা ঙাওবা মীদগী হেন্না তমথিরবা মীশক অম্বা ওইরায়নিয়ে। নশাগী হক্চাংবু, থরাইবু য়েকনানাবা পাওজেনফাদে, করিগুম্বা হিরম থোরম অমাগী বাফম অমা থম্না নৈনাবদা, থোওইদনা হায়ফা ঙাংফাদে, মী অমানা বা ঙাং-লিঙৈগু, মরক থংনা বা-হায়ফাদে ॥

১৭০
লাহাল মপোক অমারাকতা থোরম য়াংকোইরমলাওং
হারম মতৌ থঙ্লুতে। হয়েং লাংতোল মপোক অমারক্তিওং
মিৎয়েং শানথ্রে ফারুতে। মতৌ পানতম্মাতি, হাকথক
লাংতোল অসিকি থোরম য়াংকোইরিবপু করি তোইকাপনো॥

লাহালমক্কি মপোক লাংওলদা করম্বা শকতমগী থবাই মশক অম্বা ওইনা লৈরম্বানিও থঙ্ভবদা, মথং অমারক্কি মপোক লাংওল অমাদা, করম্বা মশক মওংগী থবাই ওইনা লৈফগদৌবনো থঙ্লুদবনা। হন্দক মপোক লাংওল অসিগীবু্শদ্, অরোইবা মতমদা করি করম্বা থোরম থোক্লাগদবনো থঙ্বা ভবদনা, মঙ্শয়া হিংনারিবা তাইবঙ্ পানবনে॥

১৭১
য়োয়ময়াই লাইরেল তাওলপাতি, কোরৌ নোংচা
নুমিৎ চায়োল তরেৎমাপু হলচিন মতেরৌয়ে।
থাপি লোইতাম থাওং থাচাতরানিথোইমাপু
হলচিন মতেরৌয়ে। লাংহৈ কুম্মাপীওং লাকয়েল
কিশী মতাইচিলনে, পুন্সি মিরালনৈতি য়োন্শিনকতে॥

কোরৌ থক্তা ঙাল্লিবা নুমিৎ ওইবা অসিগী থোঙ্চং মতমদ্, তাইবঙ্না কোলোই মমিং থোলনাবা নুমিৎ চয়োন তরেৎ মাগী মমিংদি, হঞ্জিলনা মিৎথানরকয়ে। কুমজা থাজা মাগী কোলোই মমিংশু হনজিন্না মিংথানবদ্ মতিক ময়াম মথৌ মঙমদ্ কায়দনা মশাংনারকয়ে। তোইঙম, তাইবঙ্ থবাই পালশীংগী পুন্সি চৈশাং ওইরিবা, চায়োন, থা, নুমিৎ, কুমজানাদি, তাইবঙ্ পুন্সিবদ্ হঙ্গিন্না অনৌবা ময়োম চোংহল্লকতে, অহোইনাচ্চম মলাশিনলকয়ে॥

১৭২
য়ায়ফা মথোই তোংইঙং থঙ্তা থুতারাপা
চেংলৌ মিৎএং পানগাতি, কুরাং থুনশা মিৎনে
কতৌনাকপনো, অগাম চেংলৌ শিথি মিৎ
য়ায়শী শিথি মিৎনে॥

অতম্না ওইরিবা অসিবু, অরাবা মুংঙাইবনি হায়রবাবুত্ত থঙ্‌দ ইদবা, উয়গা থঙ্‌নানবনি হায়রনা পাম্লিবা মীং অসিনা, মতুংগী মতমদা ওইরকদোবা থোরম্ন্‌ থঙ্‌বা উবা ওয়মরবা মিং অসিদি, তাইবঙ্‌, হকচাং উমশা মিংনে, কন্নিবু কায়গবনো, অপাম মুংশী কললক মিহোবা পোক্লাবা মিংনে, তাইবঙ্‌, পুনসি অসিবম্ন্‌ অথুবা, অত্তেনবা মতমদা ইরাক্লানাবগী, পুশিম্নবা কুমাং উনশা মিংনে, কদোনাগবনো ॥

১৭৩
> থম্মোই লাইমিং অরাপা, কোরৌ মরোল ফাওনা
> মিং, মালেম লৈব্বা বনা মিং, মাইকৈ মথোঙ,
> শিলনা মিং, চিঙঙ্‌ লিয়েং নুংঙোন মীংনা
> চঙ্‌না, থঙ্‌না বনা নুংঙাইরিপাশীংতি ॥

পুক্লিং লৌশীংনা ওইবা মিং, নোংথো অতামপা (অথাম্পা) মরোল মরোল লৈরিবম্ন্‌ত্ত ফাওনা হেন্দোকতুনা, থঙ্‌নিং উনিংলিবা অচুবম্ন্‌ থঙ্‌বা মীং, মালেম লৈপাক মরোল-মরোল কয়া লৈরিববুত্ত ফাওনা উবা মিং, মাইগৈ মথোং থঙ্‌দবা মথৈগী লমথৈ অত্তোম্বা অথাম্বা ওইববুশম্ন্‌ শিন থুংনা থঙ্‌বা উবা মিং, চিঙঙ্‌ খোইয়ুম লাইগী থৌজালনা ওইবা পম্ন্‌কনিং লৌশীং মিংনা উনা থঙ্‌না মপম্ন্‌কনিং পেন্না হিংনরিবা পম্ন্‌নসি লমদাং ওইবা মীওইবশীংদি ॥

১৭৪
> কোরৌ নোংচা খুতিংকি, মরুপ য়িপুঙঙ্‌শীংতো
> চিঙঙ্‌ মাইপক ফপা মশেলপু লমলোয় থানাতনা
> লেংতিন্‌ননা, য়ায়পী খোঙহৌরি ৱাইথুংফম ॥

কোরৌ নোংজা খুদিংগী অহুঙবা মীকপ মী অথোইবা ইবুঙঙোশীংদো, খোইয়ুম লাইগী নোংদম্না মমাইবক ফবা মপোক অমা ওইরিবমা মথোয় মশেলবম্ন্‌ থাদোকলদনা, অমাগা অমাগা বা তাম্নাহুনা, তাইবঙ্‌না পম্ন্‌নসি লোয়ম্নাবগা অরোইবা খোঙচংতা ৱাইপুং ফম্বী ওইরগদোরিবা ॥

১৭৫ অরেপ্পা মচিরেল অথোইপা, চিঙ্ঙদ্ লাইরা হায়নপতা
কোরৌ নোংলেজনায়ে। য়ায়ফা মথোই তোংপতা
য়ায়পী লল্থোই চাওখৎনায়ে, হায়তাপরা ।।

অথোইবা, অথয়াবা অনি ওদুবা ফঙ্গীরেল লমদম ওইবগী মরমবু থোইদুম লাই ওইবা কয়াশীংনা শিংথানদুনা ঙাংনাবগুম। অসিগুম্বা মীরুপ মীওইশীং অশিনাশ্ নোংমাতা ঙৎপা কাংবা তৌদনা য়াফোংনবনা, অথোইবা লল্ তানবগুম, হোৎনরিবনা, তোংজাবা ওইজবা মহে ফংনানা চাও-খৎনখিয়ে, হায়দবরা ।।

১৭৬ নমু পোঙ্, রোইপানা থাচং থৌনি হাৎপাকি, থোইয়ম্
নোংতম-থোনপু, নোংতম পাংথক মামাল মথা চিকপা
কনয়ে। নোংতম মাললাফতাপকি য়োয়মায়াই তাওতলপানা
নুংথিল চেংলৌ মিং রোইনারিয়ে, লোইতাম থাচা পাখঙ্পনা
অহিং লিক্লা য়ায়রোইনৈয়ে ।।

তাইবঙ্, মীওইবা কনাগুম্বাশীংনা অথঙ্, অহৈশীং কুরুমশীংদা পুকফং পাওহংবা তৌরলবদগী, থোইদুম লাইনা, তন্বা অফবা ওইবা মহে অমা শোয়না লৈরম্লাগনি হায়না নিঙ্না পাংথোকলুবা হিরম থোরম্ব, মাই পাকত্রবদা ( শোহরাবদা ) মথা চিক্লা তকশী শোননায়ে। মতৌ পান্নমদি, নোংমা হায়বা কোরৌ নুমিৎ অসিমাদা,, অমুক নুংথিলদনা নুমিৎকি মঙাম্বা মিৎয়েং পাজল ওইনরিয়ে। নুমিদাংদনা, থানা অয়িংবা লিক্লা পুথারক্না পুম্নামক্কা য়ায়ফা মহে ওইনরিয়ে ।।

১৭৭ লাইচা য়িরিক লাইকা পামেল শুকথাওকা অনিমাক্ত তিন্নাপীতে।
য়াওরৌ শাতুং লৌচাওপনা নোংশা নাক্তা নকপিতে। মুকমু
হাইমৈ চোনপানা পামপা মনম তাপাতা শোনকিয়ে। নমু তাইপঙ্,
মীওই লিলচেল অফা-ফংতা খঙ্তপাশীংপু চান্না পুকমান্নাফতে ।।

ফৌশদ্ শদ্ক ওইনাবা, পামেল শদ্কথাও উগী মহি মচুম থাওগা, লাইজা ঈশীংগা অনিমাপদ্ তিনশীননৌ হায়ববদ্ময়াদে। য়াওরৌ শা মরৌ চাওবনা নোংশাগী মনাক্তা চঙ্নিংদে; মহৈ পদ্ঙ্বা ( চোনবা ) শলনা কৈগী মনম তাবদা কিনারিয়ে। নমু তাইবঙ্, মীওইবা মরিংজেল ফংতাবনা অফা-ফংতা খঙ্দবশীংবদ্, নকশিন্না পদ্কচেল থোইজেল তিন্নানা লোয়নাফাদে ।।

১৭৮

চান্না মতৌ অমাত্তি, লাইচা য়িরিক লাইকা থামগী
মৈেএং অরাপকা চুচিন্নেয়ে। পোলগী বু্চেক পুম্বনামনা
মালং নোংশিং-মতা শাবাই পাংকল রোইনেয়ে ॥
লেমলৈ অপক ঙানা লাইচা য়িরোল পুঙপু মরাল য়িমরোইনেয়ে ॥

চানাবগী মওং মতৌ অমাদি, মৈগা ঈশীংগা অনিমাদি অহুক্কি মতিক চুশিন্না চাননেয়ে। পোলবী উচেক ওইবগীংনপুং মালং নোংশীংনা ইংনা জগা শিংলাবদা মথোনা মপাঙ্গল হেনগৎনা কোইনা শাইদুনা মপদ্কনিং বরাওলরিয়ে। ঈশীংদা লৈবা লেমলৈ ঙানা ঈশীংগী ইরেল ওইবা মফমদা ময়্মগুম পোংখানরিয়ে ॥

১৭৯

তাওচিঙ্‌, হৈনা শিলশিকুম নোইনু থুমকুপ হাপলাগতা
ব্লগী পুক্লিং থুংনা য়াকুমতে। পাখঙ্‌, শিংলেল লৈ
লামপাকা, নুরা তাওচিঙ্‌, হৈ পামশিকা অনিমাওং
ব্লগী পুক্লিংনা পায়মা ব্লকোইনুংতা, নুংশী থোকাওনাতনা
রাখল পললেপফম খঙ্‌দাখে নুংঙলনায়ে ॥

তাওচিঙ্‌, হৈ চাবদা শিললাবশ্‌ থুম মকুপ হাপ্পা (য়াওনা) চারবদি, যা কুম্বাগী লরুক মহন্‌-খানৈয়ে। পাখঙ্‌, মথোক কারকপা শিংলেল লৈরাং লৈ ফজববু উরগা পামগনবগা, নিংঙেল ওইবী তাওচিঙ্‌, হৈ পামবীগা অনিমানা, অসিনি হায়ববু ফোংদোকনবা ঙমদবা মথৈ, মথন মথন্না ইকাইনাহুনা লোলনা পোংথাফম খঙ্‌দবা মথৈ ওমচাকনানা খাংনরিযে ॥

১৮০

মতৌ পানতম-মাতি, য়াওরৌ শা উচেক, ব্ল্ রা নাপী শীংপী,
শিংলেল লৈমিং য়ামপা, লেমলৈ ঙান্না ঙাথোয়াং মকে
হাথরুপা ঙন্নামাত্তি, লাংওল মপোক খুতিংপু, য়াওরৌ
শা-শক হোংলকতে, পোলপী চেক শকওল্‌লকতে, পামেল
থুমনা পালপনা থুমনা মপাললে ॥

রারম থৌরৌ অমাদি, শা, উচেক উ রা নাপী শীংপী শিংলেল লৈরাং কয়াশীং লেমলৈ ঙানাচিংনা, শৎতুমা প্‌মহুনা কংহুনা শিরু মাংলুমগশ্‌র অমুক নোহোনবা লৈরক্লাবা, হোরক্লবা, পোকলক্লবদা,

হায়াগী হায়াঙম, অতৃপ্পক মশক মওং মচু মমৈ হোংলকতে, উহৈ থুম্‌না পাল্‌লম্বাও অতৃপ্পক থুমনা মপাল্‌-লকয়ে ॥

১৮১ | হৈরাং খানা পালপানা থানা মপাললে, শিংলেল নৈগুং
নৈশক হোংলকতে, লৈরাং লৈনমশু ওনলকতে। লেমলৈ ঙাশ্‌
ঙাশক হোংলকতে। তৌইকুম, তাইপঙ্‌ নম্‌ পোঙ্‌থোইপা
য়িখোয়তি, চেংলৌ মশক হোংলকয়ে, পায়মা মিচেলশুং ওনলকয়ে ॥

তাওচিঙ্‌ হৈ খানা পানবশু, খানা অতৃপ্পক মপাল্‌লকয়ে, শিংলেল লৈ মহাকশু লৈশক হোংলকতে, লৈনমশু ওল্‌লকতে। ঙাশু ঙাশক হোংলকতে, তৌইশুম্বাশুং তাইবঙ, মীওইবা ঐখোয়দি, চেংলৌ শকপানখোংশু অওলবা অহোংবা নাইরকয়ে, মরিংজেল মথোনাশু মতম ঙাইবা লৈতনা অওলবা অহোংবা মওইরকয়ে ॥

১৮২ | চিঙঙ্‌ নোংতমখোল নোংতম মথৌথাপ্‌, তুংঙান তুংঙানে
রোইপনিকিনা, মাকি মাকি নোংতম মহৈ রোইনাপা
পায়মা লৌশীং থোই, মকোই পাওনিঙশীংপকি লৌশীং
কৈরাক রোইনৈয়ে ॥

তেংবানবা মপুগী মথোরাংবু মথল মথল, তোপ্পা তোপ্পা ওইরিবগী, মা মানা হোংনজমনগী ফংজবা মহৈ অমাঁমনবু ওইনরিববু, রাখল লৈবা লৌশীং শীংবা মীওইবনা, মতুংগী মতমদা থোকলক ওইরক্‌দোরিবা শিবগী লমদাংনচিংবা থোৎম থোদোকপ মাংজোননা উরা খঙ্‌লাবনা, পদ্‌ক্লিং কৈরাক শেমনা থোরহনৈয়ে ॥

১৮৩ | অহল নাকতা ফমনা লাইরিক হৈপানা ৱারম মচি খঙ্‌পাকি
তাইপঙ, নোংশাপাল অসিতা থম্মোই লাইমিৎ অরাপানা
ৱারম হালনা খঙ্‌পাতি, নিংথৌ মাংকোল লাংতা কনারকয়ে ॥

লাইরিক লাইশু হৈরাবা অহল ওইবশীংগী মনাক্তা ফম্না, মথোয়না হায়না ঙাংনরিবা অৱাংবা থাক্কি মরু ওইবা পদ্‌ক্লিং লৌশীং ওইগদোবা ৱায়োলবু তাম্না খঙ্‌লাবা মী মহাক্তী, তেংবানবা মালেম থক অসিগী তাইবঙ, মীওইবা লম্ভাগী পদ্‌ক্লিং লৌশীংবু খোইয়ম্‌ম লাইগী মিং পানথমলাবা ওইরাবনা লৈপাক নিংথৌনা পদ্‌কেহং পাওচংফম মওইনায়করে ॥

১৮৪ মরল য়াবা পুচাওলোয়পা, তায়ম য়াইয়মপা, কাত্তরেল
শলয়াম লোইপা হকচাং য়োয়রোইনপনা অমানে ॥
হায়চা অত্তোল খিনা য়াওবা শলয়াম লোইপানা পাংকল
চৈশৌ থোইনাপত্তং ময়াওরে ॥

লল্ খুম য়ায়া লৈবনা বা চাওনা চাওনা ঙাংগনবা, মনাই মশল শল ইয়োই, শেন্দোং তান্নাবগী মরল ওইনা লৈবনা মশানা মশাবু চাওথোকচবা, কনা কনাশীংদা মায়জ চৎচাদুনা মরল য়ামা পৈশিললক্লাবনা, মথোনা মরিংজেল ফুদোকললকপাল্ ময়াওরে ॥

১৮৫ য়াইরা শাফম অরুবা হুয়েল লানফম অচোংপাতা, অথম
মিপোকপা অথৌ লাংকোল্লকপাকি কোলোয় মিংলেল
চাওনা চেংলো শকরোইনাপা অমানে। নমু মীরল
লৌনাপা য়াথৎ ব্রাপে হায়পাতা হকচাং য়োয়রোইনাপা অমানে ॥

শাফম লানফম অচোবা তমথিবদা, য়ায়বী থবাই তেমশী ননা লান্, শোক্লবদা ফায়রুবা খুদুম চললাবা অতোপ্পা লানমীগী অথৌবশীংবু মথরাই কনবিথিববু, মমিং মিংলেল চাওনা চৎনা খায় মীয়ামা নোল্লুক্লরিবশ্ কোলোয় মিংচৎ অমানে। মীগী মপোং মরল লৌনাংবা ওইদবা চুমদবা হায়জিন্দুনা মশানা মশাবু কুণ্ডাইবা পোক্লাবশ্ অমানে ॥

১৮৬ মহে শিনণ্ড থোয়পাকি নিংথৌ য়া পুক্রিং থুংনা, নিংথি
লৈতেং পোং পুমনামাপু শানশেমহৈপাকি, মহৈ কৈরাক
রোইনা, নিংথৌ মাংকোল লাংতা কানাথিপা অমানে ॥

মহে মশীং অয়াম্বা শীন শুনা থঙ্বা হৈবদগী, লৈপাক নিংথৌগী পুকনিং পেম্নানবা ফজবা নিংথিজবা লৈতেং শেদা শাবা হৈবদগী, মহৈগী মণিক ময়ায়না নিংথৌগী নাক্তা নকপা ফংলিবা (শক থঙ্লিবশ্ং) অথোইবা লল্ অমানে ॥

১৮৭ খোইয়ুম লাইপু নিঙ্পা পায়মা পুক্রিং চেংলাপশীংনা,
লৈপাক মরা রোইনাপা মালেম লৈপাক ঙাকনায়ে। তাইপঙ্
নমু পোঙ্ থোইপা বারুম খঙকাংতাপশীংনা, পায়মা
লিলচেল য়াম, তালোই অনি লোল, লুমলেল অহুম
লোলশিল্লাপতি, তরা চাকথাক তাম, চৌরে ফিংুতাপনে ॥

লাইবি লাইচং খঙনা মপৃকনিং চেংনা খোইরম্মবু থাগোল নরিবশীংনা মরৈপাক মরমদমবু অমাদি পা-পুপী লিচং লাইনিঙবু খোইরম লাই ভারনাহুনা লৈপাকপ ঙাকনরিয়ে। তাইবঙ, মীওইবা বারম খোরম নিংখিনা খঙদবশীংনা মরিংজেল মথোন্য যনা মতু ২/৩ থিহুনা লোল্লবদি, শেংনা ইম্নাবা মমাং কাইনা খোনবা ঙমদ, পিজবা পিথকপা মপাক্লিং থদংনা পেনহলবা ঙমদবনে ॥

১৮৮ | মতৌ পানতম মতি, সমু থুং নামমানা লেমরৈ অনি
ফাকে পানতমল্লুপপ, সমুথুংলাক শোয়, লেমরৈ
তানফংলৌতাগা তুকুমপাপ পৃকনিং ফিরৈ চলক্‌ম বাইথ্‌ং
ফমগী খঙতনা নোংলেনখিরে ॥

মতৌ ওইবা পাল্দম অমদি, থুং নাশ্যাঙনা ঙা অনি ফাগে হোৎনাববু, অমা নংত্রে অমা নানথোকখিহুনা ঙা অমা ফাওবা ফাবা যংহৌদবা অদুগুম, পদকনিং বাখল নিঙবা কাইনা, চুমমম হিগয়ম চাংদ্রে খঙদনা মতম হৌখীহুনা পৃনমী মতোন লোমনখীয়ে ॥

১৮৯ | বারম মতৌ অমাতি, পললেম ফিনুং শিলয়োমনুংতকি
নাওবা খোইথৌরিতকি খা পলথোই তানকে হায়পকি
বাকয়ে হিপোং শেমলক্‌পপ, পাথৌ মরুপ তিনতা,
মপা কুরুম নায়তানা, অহল নাঙা চঙনা পাওহংঙাপনা ॥

থোইদোকপা বারেংল অমনা, ইমাগী পিবক্রুংদা খোয়রি লিনশংনা য়োমনা হুংঙাইনা লৈরমবদগী, তেংবানবদা থোকলতুনা মা লুপা অথোইবা হি য়ার লল, তানগে হায়না। পৃকনিং বাথলগী বাকয়ে হি শেমহুনা থৌরাংহুনা হোললকপপ, অখঙ, অশিং, মকপ মপাং অহল নাঙা চংজনা বাহং পাওহংজহৌদবদি।

১৯০ | হিচিন হিনাও হৈতাপকি, হিরম জমতাং চুমতাপানা লৈক থমথোং
য়ামে লাইচা য়িফাই চলনা তোংচেং হি-বৃপ তোয়পা তুক্‌মপানে ॥

হিজিন হিনাও হিম্নাই চুদ্বা হৈতবদগী, হিগী হিরম চুমদবনা লৈকু লৈরাইদা থেংজিনবা তোয়রবনা, বকয়ে হিবু কায়না ঈশাং চঙলাবগী, হিবু লাকশীমা লুপ্না অদুগুম্বানে ॥

১৯১ | তুরেল খৈরাই কাওনপা য়াইথু থুংলোংপীচানা পজেম পিশা
চাপথুম, ভুম ভিন লুনাহৌতপানা মকম বৃশা চাহংপকৃম, নোইন্র
থ্ম চাওৌপীচানা থৃমজা মনা চাপকৃম, চকমোম থামপী মৈরেং
অরাপনা শিংপী মৈহম চাকপকৃম, মতোম-মতোম চাকশীমারকরে ॥

কোনচন,বীনবা লৈত্রবা লমলক শা কাওরেলগুম্বা তুরেলগী লৈরাইদা লৈবা রাইথু মথুং মরোং মরোংবনা মহাকপ্ন পোকপী মমাবু মচিগাক ওইনা চাথোকপগুম। শর পাব্দবা গুম তিন্না মশানা চঙ্জনা মরুম ওইনা লৈরিবা উগী উশা অঙ্কুবু চিকথৎপগুম। থ্মনা থ্মেলা চাবগুম, থাব্দী মৈমা লিংবী মথমাগী মৈতম চাকপাগুমবা ॥

> ১১২
>
> মতৌ পানতম অসিক্ম নমু মীতমথী পুকনিং মকিং শৌনাইপাতি
> রাংলৈ তাওপা কংঙাও ছইনা মপু চিকপাকুম,
> লিলচেল শোকচঙ্নাপকি, লাংলেল মথম্না থাকপা লাং
> য়েরা শাচেন লাংতা মতোম লাংথ্নৈয়ে ॥

মতৌ অগুম ওইরিবা তমথিরবা তাইপঙ, মীওইদি, মপুকনিং রাথল অরোল অথ্প, মথল মথেল নাইরিশীংদি, ঙাওরকলবা ছইনা, মপু চিকলাবনা, মথমা থাকপা লাংদা মতোমতা থ্জগনা মপুনসি ম্ভান লোমনাঙৈনে ॥

> ১১৩
>
> তৌইক্ম পুকনিং মকিং শৌনাইপা, রাথং রাকোংনাথিপপ্
> ঙাকতাপতি, মাঙ্শোক মীখা ক্ষমনা হলথানয়ে। রুলপী
> পুকনিং তপ্না তাইপঙ, অয়েং ঙাইপাতি, প্নসি চেংচেল
> লৌমনা ক্ষমলেল লুচিং তানফংনৈয়ে ॥

অমনা, পুকনিং রাখল অরোন অথ্প মথল মথেল নায়পনা, হায়নথাবা রাবু ঙাকনা পাংথোকপ্রব, থাদী, মীমাংদা চৌম্না ইকাইবা নংনা মীখা পোন্নায়ে। মপুকনীং তপ্না, চংনারোল চংনাবী হোনা লমচংপু খঙ্না, হায়নথিবা ঙাকনা পাংথোকলিবশীংদি, প্নসি মতোন লোম্না কাওবা, ক্ষমলেল মথক কানা মকোক থোংবা লুচীংবু ওইনৈয়ে ॥

> ১১৪
>
> বারম পানতম তি, য়াওবী তুপাল শাঙং পঙাই মরো
> চাওরাপকা মতি কেঙ্কু খোকনা পালমে। লন্হামপুঙ,
> কাকক্ৰনা মানা হুমাই শানা রোংশনে ॥

বারোল থুদম অমদি, য়ারো শা, মতু পানবা শাঙাইনা মরোশীং লৈবনা, মচিবু কেঙ্কু খোকনা মচুম তানা, মতম শাংনা পুনসিয়ে। লন্হামপুঙগী কাকথৈ মাও, অতোপ্না লমদা হাইদোকতুনা চংতবনা মানা হুমাই পানগুম, মতম মুংশাংনা পুনসিনা থিংলায়ে ॥

১১৫

> তোকপম ম্রি নায়্ংবী ঙম্ পামলাংবেনা থোইচু তোন্লোং
> চিনপানে । কোংপাতাকি ঙাখানা ঙাখারংপী চাদুনা
> মনেক কানক্-নপানে, ওকনা মহৈ য়ানপানে, য়াংকোকনা
> মপান শাপনে ॥

লাংগী মতমগুম পাং ঙিংদুনা শাবা থরাই থক্তা ঙমুবু হাপদুনা, থোইচু তোলোংনা মৈছম শিঙ্-ওইনা অপোকপা লাইদা কংনানবা মৈ ইকদৌবা ঙম্ মানা, ঈশীংগী পনথে অসিনি হায়না হায়ফম থঙ্ৱবা ইপাক ইরেম্দা লৈত্রবা ঙম্ মাদি, মৈ ইকপা তোকলবনা, মতম লুপানা পুমদিথিয়ে । কোংবা মরুগী ঙাখানা ( ঙাখারংবী ) চরাং চাদুনা ইরম লাম্না চংকবাশীংদি, মশা অপুমবা মচু মমেল লানা, ফিজোল থোমবগী পান্দমগুম নিংথিজেয়ে । শ্কনা ফো শ্দুনা, ফোদগী বাইব্ ( মকুব্ ) থাইদোক হল্লাবনা, চাবা য়াবা চেংবু শুককি মহৈ অমনি শৈথানৈ । শ্কনা শ্দোকলবা ফোব্ য়াংকোক্তা হাপনা থপলবদা, বাই, ব ইকুপ বাইরু অয়ামবা থপ্পবদা তাগ্রিবাশীংবু, য়াংকোকনা মপাল শাথা হায়মা পাওবৌনৈ ॥ ( বাফম অমনা, ওকনা পম্মো, য়াংকোক না পলেম ওইনা পাওয়োনবদু লৈনৈ ॥

১১৬

> তাইপঙ্ নম্ গোঙ্য়োইপানা, কোলোই অমেংপা, য়াথং অনোনপা,
> মতৌ অরুকপানা য়াচুম চৈরোয়নাপতি, চেপশী পুম্না পায়া অমেংপানা,
> লোনলেম খ্রিমশা-নত্তমপাকুমপানে ॥

মীওইবনা, অতপ্পা অইংবা নিংথিজবা থোম্মোক বাঙাংনা লৈশী লৈথোন্দুনা থোগললোল য়াওনা বায়েল থোদাবা বাফম অচুম্বদি, অথোংপা নৌরিবা য়াগা পায়না, উ বা অ্রিবা কয়ানা শাবা যুমবু অমেংবা অথোংপা পায়না পুন্দুনা যুম শাবগম্বনে ॥

১১৭

> মতৌ পানতমমাতি, লাংকোই হকচাঙপপু কাতি লাংশোই অপিশানা
> শায়ু মরিল ঙমনা নমু শীরোল য়িনহল্লে । কোরৌ নোং শাকোলন্দ্রং
> লাংকোই থুংচরি চিনপুন লিনা শাকোন মরৌ নাইহল্লতে ॥

খুদম মাদি, চাওরবা শাম্ম ওইবাবু অপিকপা লাংশোইনা বারকপদা শাম্ম মনিং তমদে, শাম্ম শাথক তোংলিবা মী মশাকী পুকনিং মতুং ইনহললে । থুংশিংকুম য়াংনা চেনবা শগোলশদু, চিনপুন হাপনা থুংচরি শেম্লাবদি, শাগোল মনিং তৌবা ঙমদাবনে ॥

১৯৮

যোমনু নুচা রোইশীগুং মথংলেজপু লাইবোইননা, য়াচং
রোইনা হৈরাগীদা থংলেন মপু অরোইশন, সমু থুংথনুম
চজনা পুকনিং হৈরেনখিতে ॥

নুপী ওইবীশীংমত, মথংলেনপু (মপুরোইববু) লাইওমনা থজদুনা থৌগল নিংখিজনা তৌরবদা,
অদুগুম্বা মপুরোইবদো নুপী মাগী থুংথম চজনা লৈদুনা মপুক্লিং অনি লোংদেয়ে ॥

১৯৯

ময়পম চৈরোইননা তাংচা মরাই লোংশনা সমু থোঙথাং
তাংপাতি, লৈতেং খুথি তোয়না নমু, মীয়াম লক্তাও য়াথং
মরাং কাইরুইয়ে ॥

ঐ মণ্ডাইরে হায়না পিঙনা, মতক হাইগৎতুনা কিরম থোরম খুদিংমক্তা হায়বা ঙাংবা তৌরিবা মী
মহাক্তী, মথোক, থোঙথাংও থোওইদবনা অতোংবা লৈতোংদা খুদি থিবগনুম, মীয়াম তিনবা মকমদস্
নাপল তৌনা বাহৈ করামনা হায়গলনে, মায়াম ঙাংগসলে ॥

২০০

পামেল থুচাও থাতা তনলা শোয়মৌ অপিশানা বোংচাপপু
থাপা বুলনেলনা ফংতে মালং নোংশাতপা তুক্রমপনে।
নমু পোঙ, অহল লাই বোইনাপপু পুকনিং শোনকি চঙঙেনে ॥

উপাল অচৌবগী মথাদা (মরুমদা) উপাল মচানা হৌজবদি, আইংবা উলনা ফংদে, নুংশিং মুংশানস্
অবাবা পিদবা অহ্নগনুমনা, পুকনিং লোশাং শীংবা মীওইবনা, অহল ওইবশীংবু থকশী থাশী থমনা
(ঙাকনা) হিরম থোরম খুদিংদা, অহলশীংগী য়াথং মথাপোম্না মরুম থুপনাঙেনে ॥

২০১

নমু পোঙ, রোইশনা মপারি শাংতা মমোম ফ্রুইতারপাতি
লমলেন মিচাপোকনা পলেম পক্লৌনি হায়না বাহায়নাতে,
যোমনু তালোই মরুমশীপু, লৈতপা, পা-হাও, নোংচেং বোই-
রাপাওং, তোংমু, য়িমশঙপিনাপা লৈতাপনা, লোলজেম য়িমচংখিপতা
লমলক থোইমা নারোল-নুংকুমরে ॥

ভাইপঙ, মীওইনা পোকলিবশীংনা মরুম মকৈ পাললাবদা মচা নিপা নুপীবু পোকতারবদি, অতোপ্পা মীচাপোকনা মখোয় অহুবু ইপা-ইমানি হায়না কোলোই মমিং পলনাবে। নিপা ওইবনা লোয়নাবী মতু লৈত্রবা, নুপী ওইবিনশু লোয়নবা মপদুগোইববু লৈত্রবদি য়ুমদা হঙ্গিললকপদা তুংনফম লৈতনা অবা-নুংঙাই বারোল ফোংদোকফম লৈতবনা, য়ুম অদো লমলকপা পাংথকনে ॥

২০২ | মালেম লৈনিংথৌগুং মতাইরেম লৈপাক কোইপা পাম্মা
লৌশীং থোয়পা, চোয়নৌ শা তুলাঙ্গ মখুনেৎ, শনা চোংলেল
খানগা, য়াংকোই শায়াং য়াইশা নুঙ্গাংপা, চৈরৈ ফিরান
নারেংপা, বাংলেল পুৎ, তরেং খোইতোংপা, খুৎশু খুৎলাই
পুমনামপু লৈতারাপতি, নমু মীচম-মকা পাংথক বোইনাডেনে ॥

লৈপাক অমগী নিংথৌ ওইবিবগী লৈপাক অদুদা লৈরিবা মীওইবু, লৌশিং শীংবা মীওই লৈত্রবা, নিংথৌনা তোংনানবা দোলাই লৈত্রবা, চুং-পে থাদ্বিংঙাই লৈত্রবা শাগোল শামু লৈত্রবা, ফিরান মনা পাননা হাযহলনবা লৈত্রবা, থকথল লৈত্রবা, য়ৈনানবা পুঙ, ১দি শেমবুং লৈত্রবা, শা-লানদা শিজিন্নবা থাং তা চুঙ, লৈত্রবা, লৈপাক অমগী নিংথৌ মাহাক অদো, অচম্বা মীওই অমগা পাংথকনে ॥

২০৩ | তৌইবুম মালেম লৈনিঙথৌতি খোইয়ুম লাইপোক শংশঙপানে,
থবাই পুমনা মবক্তাকি থবাই মমিরেল অথোয়পপু বোইনা
নোংতমনরিয়ে ॥

অদমনা ওইদুনন্ত, লৈপাক অমগী নিংথৌ ওইবা মহাক্তা খোইয়ুম লাইগা পাংথক ওইবা থবাই য়াযবা ওইবতিনা, নিংথৌ মাগী য়ায়বা থবাই ওইববু অথোইবা মপোকনি হায়নদি মনিংনরিয়ে ॥

২০৪ | মতৌ পানতম অসিনা, মালেম লৈনিংথৌপু পানতপা লৈপাকতুতি
লেপাক ভাভিংঙানে। লোইশঙ, ফমফমপু লৈতরাপতি বারম
খাংখে নাইওমতে ॥

অত্তমনা ওইবা মরম লৈবনা, লৈপাক ১ ওইনা খুলমিংদুনা লৈরিবনা, নিংথৌ পাল্লবা লৈপাক ওইরবাদি, ইহাং হাংলাবা লমদম মফমগুম্বনে। লোয়শঙ লিংনা বায়েন ফমফম লৈতবনা, অচুম অরান বায়েনবি-নবা লৈত্রবা লৈপাক ওইয়ে ॥

২০৫ | নুচা মথংগেলে লৈতপা, পা হাঙ নোংচেং বোইরাপশুং বাথল
লমচৎ হামফোই শলক্রুময়ে, চেকশীননিংঙাই বোইয়ে ॥

নুপী ওইবীনা মপুরোইববু লৈতাবী ওইরিবদি, পুকনিং বাথল মফাং মফাংলবা উজাও উখোঙ, খুদিংদা কুনগনবা শলগুময়ে, চেকশীননিংঙাইগী মশকনে ॥

২০৬

পনথো পজেম অনিপ্, লৈতারপগী, নোংলেন মথোঙ,
কুইনা চুরকাপতা লাংলেন কোংয়াং মচৈঙপ্, হাঙলাপা,
য়িরুম মরূম থুপকমপ্, লৈতারাপা-কুমপানে ॥

অপোকপা অপোকপী মপা মমাবু লৈত্রবা মীওইশীংদা, কুমগী নোংনা লেপ্পা লৈতনা হৈথনা চুরবদা অনানবা লন্দী চৎপদা মতেং ওইনাবা চৈশ্, লৈত্রবগুম অমদি নোংবু থাংনবা য়েনপাক লৈত্রবগুময়ে। অমশ্ৰু মরূম থ্পনাফম লৈফম তুংনফম ওইনবা, য়্ম লৈত্রবগা পাংথক ওইবা মতোনে ॥

২০৭

য়ারম মতৌ অমতি, মরাল ময়িম য়েংনা বাহায়ঙৌনে।
বাকয়ে হিপু য়েংনা তোংচেং হিপোৎ শেমঙৌনে ।
য়াথং নাপল মাংখোইনাপতি শিংলেল লৈতি য়াওদা
চামলৌ লাকোল অতিংঙাপ্ খোইয়ুম খাতা বাইথ্ংলুপক্মপনে ॥

বারেল বাফম অমনা, হিরম থোরম থোথোক অয়াম্বদা মী মহাককী ময়ুম মকৈ য়েংনা বা হায়ঙৌনে । হিগী মতিক মওং য়েংনা খঙনা হিদুদা হাপতুনা পন্নানবা পোৎপু থোবাংঙৌনে । বাহৈ করাম চাওনা ঙমলোইদবদা হেক্তিন্না হাযজিল্লাবদি, শিংলেল লৈদি য়াওদনা, লৈ য়াওবা মান্না লানা লারৈ কোম্পুনা খোইয়ুম লাইদা কৎনবনি হাযনা পরকপাঙগনে ॥

২০৮

বাকয়ে হিতিক য়েংতনা হিপোৎ শেমলাপতি, লাইচা
য়িফাই চল, তোংচেং হিরূপ তোইবাঙৌনে, পামেল
শীংকাইপাক-মনা বাকয়ে হিরাকপনে ॥

হিগী মতিক মপাঙ্গল খঙদনা, পুনিংই হাযদুনা শোৎ পংহাপ হাপচিললাবদি, ঈশীং ইপাক ইচেম্বা হোললকপদা, থোথোক মওং চাদবা অমদগী হিদো লাকশিননিংঙাইনে, পুবা য়্বা শরুকতাগী উত্তুপ শীংপাইবাক অমতং হেক্লিলবদা হি লাকলিবনে ॥

২০৯

তরা চাখোম লুরোইমানা য়ুলপী পুকপু চেৎপানে, য়াথং
বাহায়প, থোত্তু নুঙতুম হনকুমপা অমনা লোপলেম
য়িমকায়নায়ে ॥

চাক ইনশাং অশ্ম চারকলিবদা, চাক চথোম অমা রাংলাবদি পুক মথন্দে, রাংলিবা চাথোম অহুমা চাম্নবদি পুকনিং চেৎনা পুক মংলয়ে। রা পাও তম্বদা মীওইবগী মলাদা অমদি মুন্দা মুংনা লংজিন্দুনা থাবওম, অকনবা অথিবা রাহৈনা পাওদমজাবদি, মুম কায়নাবা রাথোক লাথোক নংবনে।

২১০
> তাংচা লিজলা হুপ্পগুং শিনাপা, লাংজেল কোংয়াং মচৈশ্
> অকংপাশ্ তেকতানপা, হকচাং ম্নোয়রোইনপকুম শংলো
> থৌরাংনঙেনে ॥

হু পুবা লিজবু শিনানবা, চৈশ্ ওইরিবা রা অকংবশ্ তেকতানবা, হিরম থৌরম থুদিংমক্তা, অশোয়বা অকাইবা থেককদোবা থৌরমবু থঙনা থৌরাং তৌঙেনে ॥

২১১
> খোইয়ুম লাইপু নিঙপানা, তাইপঙ চিনচাক অহাও অথুম
> থৈপিকপু হুললানলাপকা, চিনকোই ময়াথংনা
> খোইয়ুম কোলোই মমিংথোংপু শোলনা নোংলেলনারিয়ে ॥

খোইযুম লাইবু নিঙবশাংনদি, তাইবঙ মাওইরনা চানরিবা অহাও অথুম থৈবিকপু থাদোকলবগা, চিঙঙু খোইয়ুম লাইশীংগী নিংথৈ শোনজবনা পেল্লাবা ওইনরিয়ে ॥

২১২
> পাথৌ চালনা লোয়নাকে নিঙপতি, লম অতামপাতা
> লৈয়িকম পুকনিং থাপনা থমক্করোই। য়িমলেল শাইকং
> লোলশীগ্না লৈয়িকুম মতৌ পানতম হোইরিশীংতি,
> অশেংবা পাথৌ চাম্নরোইনে ॥

মরূপ মপাং অচেৎপা ওইনা লোয়্নানা ভিম্নাগে হায়না থল্লাবা মী মহাক্তী, লম অথাপ্লাদা লৈবা মীশক ওইরাবশ্, মহাক্তী লাপনা লৈবা মীওইনি হায়না কদোনোংদা পুকনিং রাথল থমলোইদোবনি, শাইজিন লোলননা লৈমিন্নবগুম থল্লিবা মী মহাক অদো, অশেংবা, অচেৎপা মরূপ মওইরে ॥

২১৩
> কক্রুম পাওতাক মভুং ইম্না চিঙঙু লাইপু নিঙজিশীং,
> খোইয়ুম লাইকি লাইরি থঙলিশীং পুমনামনা ভিঙলিপা
> মীরূপ মাকি মচি ললমরুতি, হৌগ্র লমতাংশাং তুংলি
> মাংলি অনিমাপু থঙপা, হাকথক মীরোল থুতিংপু
> রাকাওনতাগা মশেলনে ॥

অথঙ, অশিংবা কুরুমগী পাওতাক থুংহং ইনা লাইবু নিঙবগী থৌরম তৌরিবশিংনা, থোইয়ুম লাইগী মরমদা হিরম থৌরম থলনানা মীরুপ লেংতিননারিবশিংদি, থোইয়ুমগী থৌজালনা, হৌথবা মতমদা থঙহৌ উহৌদব থোকখি ওইখিবশিং অমদি মতুংগী লাককদৌবা মতমদা থোকলক ওইরককদৌবশিং কাংলোল ফালম অনিমাপদ, হাকতক মীরোল থুদিংবদ পুকনিং লৌশিং মাঙনাদনা থঙনাবা মশেলনে ।

<br>

২১৪

মোমনু পুকনিং বাচুমপীনা থংলেল মপদ অরোয়ববু তরা চাহেনকুম
মুলপী ফমহোং লৈতাপী, য়াথং নৌনা বা হায়পী, নুচা
মথং থলপদ নংতনা, নমু কনাকপা-মাতাপদ পুকনিং অপৈ
মিংয়েং থমলুতাপি, লাইচা য়িচিক হুলকপী, মুলপী
পুকনিং তপ্পী রোইনপীশিংপু মচি মলমরু অমনে ।।

পুকনিং রাথল মিংযেং চুম্বী মুপী ওইবীনা মপুরোইববু নিঙজবদা, চরা হেন্না থোইযুম লাইনিঙবগুম পুকনিং অনি লোংদ্রাবী, রাঙাং-রাতা থোংনা নৌনা হায় হৈবী, মপুরোইববু নংতনা অতোপ্পা নিপা কনাশাংনা পুকনিং চোইথোকত্রবী, ঈশাং ইবেগ অচৌবগুম পুকনিং তপলবী মীওই ওইরিবী মাদি চিঙঙদ থোইয়ুম লাইগী থৌজাল লৈবিনে ।।

<br>

২১৫

রাইরা শাফম অরুপা, হুয়েল লানফম অচৌপা, লেমলৈ
ঙায়িন তককুম লানফম তমথিপ্তা নিপা পুকচেল
মতোন লোম, তলপা নুংচেং মবাং হোৌনা মরোং চুংলৈ
অহাং য়েং, তিমেল তাবৈ হংকোই থি, তলপা থপাক
চুং রোইনা, পালপোম, তিমেল তা ওইনা, লাইপক নোংতম
য়িলনা, কোরৌ নোং শাকোলকুম ফুচিলখিপাপদ শোংকিতরাপা ।।

অচৌবা লানফম লানথেংনবদা, শাফমনা শিল্লকলবদা, ইননা ঙা খোনবগুম খোনজিন, লকলবদা, নিপা ওইবগী অচেৎপা অরোইবা থৌনা ফুদেকতুনা, চোংথোকনা মাইবোং য়াদুনা, চুং চুংগোইগী অহেংবা য়েং, তাগী তাজিন তারোন থঙনা থবাকনা চুং ওইগে, পামবোমনা থাং ওইনা নোংথাং কুপ্নাগী মতমগুম, অয়াংবা শগোলগী পান্দমগুম, অকিববু পোত্তনা শাফম লানফমদা চেনশীন চোংশিনখিরাবা ।।

<br>

২১৬

মাইরা তেনজাইথোনপু নাচুংতবাপা, লানফম তমথিরাপা
খৈপিকতা, কুমশিং নাওপুতানা নমু মীয়াম পোককুম
অথৌ লাংকোললকপা মাতি, লৈপাক নিংথৌকি
পানপোম য়েং-রোই যোইনাপা, মচি মলমরু মহাকনে ।।

শিরুং ভেনগী ভেনচিন্না খোরুনি হায়বগুম কিবা লৈতনা, অকনবা লানকম মাইয়োকনবা মতমদা লানগুম মাই পাকনকপা লানচিং পুরেল মহাক্তি, খোঙলোই লানখী করাবদু মথাম্মাই কনখ্না অমদি য়েক্নবা লাম্নমী কয়াবুম ফাহুনা থমনা মথরাই কনবিরাবনা, কুমজা থাজা নাওপদ্রনা নমু মিয়াম পোকপীবা, অথো লাংগোল হৈবা মীওই মহাক্তী, লৈপাক নিংথৌ অহুগী পানথোম য়েং-ওইগুম ওইরাবা, খোইয়ুম লাইগী মঙাল, থোজাল ফংলাবা মী অঁমনে ॥

২১৭ | শাকৈ শলনা লমতাংশাংকি খোইয়ুম নোংতম মরাক্লেলপু
পারি পুরি লমচং হুললানখ্তনা, পলেম তাংচা লুতা থোং
পস্থো খোইয়ুম লাইরোইননা ॥

অশুমন। ইপ। ইপু মরোল মরোলগী শাকৈ ওইববু কাওনবা লৈতনা, শাংলবা মতমদগী ( নিঙখ্শীংবা ঙমদ্রবা মতনদগী ) চংনরকলিবা হৌনা লমচং, চিঙঙুগী নোংদম মওইরিবা, পারি পদ্রিগী চংনারোলবদু থাদোকতনা, পলেম ইমাবু ইকেক্তা থোননা, পোকপিবা পদ্মো ইপাবু লাইগুম নীঙখ্না ॥

২১৮ | কুরুম মাকি মখোঙখ্থাতা বুলপী চাচল চেংনা পদ্রুমচাত্নবা
মহৈ নলখ্তাননারিয়ে। তাইপঙ নোংশাপালকি নমু পোঙ
বোইপশীংতি খোইয়ুম লাইরমলেলকি ॥

অথঙ অহৈ অহল কুরুম ওইবশীংগী মপাওতাকপু, পুকনিং রাখলদা লৌশীং ওইনা চেংনা পায়জগে হায়না নিঙখ্না, মহৈ অমা ওইনা ফংনবা হোংনরিবা থৌরম অমানে ॥ তেংশানবদা লৈরিবা তাইবঙ মীওইবশীংনা, খোইয়ুম লাইরমলেলগী ফাংম লম্বী ওইবা মা-মাগী মপা মপদুগী ॥

২১৯ | রায়েল লমচং হৌনাবকপা অসিনা, থৌরম মরু বোইরিপা মশেলনে।
রায়েল লমচং অশেংপশীংতনা য়ায়ফা মতিক
অথোয়পপদু তানফংনরিয়ে ॥

লমচং রায়েল হৌনারকপাশীংতাপু চেংমা ঙাকনা চংনাগদোবা মশেলনে, মপা মপদুগী হৌনা লমচং, চংনরোল চংন'লমদাংবু ঙাকনা চংলিবা মীওইবশীংদি, অথোয়বা মরাইবক ফবা মপোকপদু মওইরাবনে ।

২২০ | তাইপঙ নোংশাপাল অসিতা রায়েল লমচং অশেংপদু
নংতনা, য়ায়ফা মহৈ য়োইনপদু পদ্মনা লৈতারাপনে ॥

মালেম তাইবঙ পানবগী মীওইবশীংনা, অচুম্বা লমচৎ-শাচৎ অশেংববু নৎতনা, য়ায়কা মহৈ ওইনা-ববু (ফংনাববদু) অতোপ্পা হিরম থৌরম অমা লৈতারবনে ॥

২২১ | বায়েল, লাইনিঙ, লমচৎ, অহুমমা অসিগী লৈরিগদকিতামকপু
মালেম তাইপঙ, পানগা অসিতা, চিঙঙু লাইগু
লৈয়ে হায়না বা-হায়নরিগানে ॥

অচুম্বা হায়বা ঙাংবা, খোইয়ুম লাইবু নিঙবা, লমচৎ শাচৎ খঙবা, হায়রিবা হিরন থৌরম অহুম অসিবু লৈবদগী, তাইবঙ পানবগী মীওইবশীংনা, খোইয়ুম লাইবু লৈয়ে হায়না বা-হায়নরিবনে ॥

২২২ | বারম অগুম লৈপনা, থৌরম য়োইরিপা থৈপিকতা
বায়েল, বাথি য়েংনা, অশেং অমাং খলনা চৎলপশীংনা
য়ায়ফা মহৈ পালনা য়ায়ফা মথোই তোংনাপগু য়োইরিয়ে ॥

অগুমনা ওইবা বারম থৌরম অসি লৈবনা, হিরম থৌরম থুদিংমক্তা, অচুম অরান য়েংনা, খঙনা, অশেং অমাং খলনা চৎলিবা মীওইবশীংদি, পুন্নসি মহৈ য়াললাবা. মীওইপোক মপোক য়ায়ফরবা মীনে ॥

২২৩ | হে লুবাং লৈকোয়পাঅো, তাইপঙ, নোংশাপাল অসিতা
নমু লিলচেল ফংতপা লৌনিঙ, য়িখোলাংপনা কারাম
পুকথল নাইতপা, য়েকনা পাওনাই চেলনা ॥

হে লুবাং সলাইগী চুচিংবাঅো. (লুরবা বাংলবা বাখলবু পুমনমককি ওইনা খল্লিবঅো) । তাইবঙ পালবা অসিদা, মীওইবনা মরিংজেন মথোনাবু ফংতাব হিবম থৌরমদা শিজিন্নারকপনা লৌনিং চানিংগনবা, মচিন্না চাশিনবদা মপুক্তা চললারোইদোবা অচা-পোৎপু মমিৎনা করান্না, অমগা-অমগা য়েংথিনানবা বা-পাও হায়শীন-তমশীনবা ॥

২২৪ | বুলপী নিঙশীং ওমতাপা, বায়েল লমচৎ অশেংপগু য়িনতনা
খোইমা নমুকনানা হুলসাজসাপকা লমচৎ থৌরম মনিং চৎলাপা ॥

মশানা হায়থিবা (কোংদোকথিবা) বাহৈ বারোল, বাফমবু নিংশীংবা ওমদুবা, অচুম অরান, লমচৎ শাচৎ অশেংবা অচুম্বু মপুকনিংদা থোশাদনা. মনাদা তানিংদনা থোওইদুবা, লমচৎ শাচৎ মনিং তৌনা চৎপা ॥

২২৫

নম্মু মী মতোন অমাংবা অসিক্রুমপাশীংপু, শাকৈ
পিপুকন্নুংতা পোকলারাপতি, শাকৈ লেংনা তিনপা
পদ্মনামাপু, মিংখি বারৈ চেননা শাকৈময়েং তানাপনে ॥

অসিংদ্বা মী, থবায় পুমনমক্তগী অতোনবা ওইরবা ফংব্রবা মীওই অসিবু, পাকৈ অমগী মহুংদা পোকলকপা, মী মহাককী হাকতক্তা, শাকৈ শাকৈ হাযনা খঙনবিবা শাকৈশীংগী মরক্তাগী, অসিংদ্বা মা অসিনা ওইরিবা শাকৈ অদো, মিংচৎ থিনা শাকৈ ময়েং তানায়ে ॥

২২৬

তাইপঙ, নম্মু মীওইপা পায়মা লৌশীং তামনা, খমলাংপা
বারোলপু খঙতাবিপশীংপু মীরুপ লেংতিম্নারপতি, লমচৎ
বায়েল অশেংপপু তানফংলারোইয়ে ॥

তাইবঙ পানবদা মীওইবা অমা ওইনা পোক্লবিবনা, পুক্নিং লৌশিং বাংপদগী খমনা লাংছুনা (থৌবাংছুনা) লৈনবিবা মপা মপুগী বারম হৌরকলোল চংনবী, চংনারোল বারি লিকথুনবা খঙদাবিবশিং, মখোয মশেল মরূপ লিংনা ভিন্নববগু কদোনোংদা অচুম্বা লমচৎ শাজং অশেংববু খঙবা ঙমলাবেদ্যে ॥

২২৭

তাইপঙ, নোংশাপাল অসিতা, বাবম অচেৎপা খমলাংপা
সিরেং পুবারিকি বারোল অসিপু, তানফংচারাপতা,
থব্রাই লেমনা মাঙতপা, খোইয়ুম নোংতম মবায়েলকি
লমচৎ মতুং খিম্নায়ে ॥

তাইবঙ পানবদা, মী ওইনা পোকলবিবশীনা মাগী মাগী-মপা-মপুগী লিচং শাচং অমদি হৌরকলোলগী বারি লিখুলবু খঙজগে তাজগে বায়না থিবকপদা, মপা মপুগী লিকলম লিখুনবু তাবা ফংজরবা মাওইদি, থব্রাই লেমনা মাংদবা, নোংদম্বা খোইযুম লাইগী বায়েল লমচৎ মতুংইন্না চংচাবা ঙমজেয়ে ॥

২২৮

নম্মু মীকি লমচৎ অথোইপাতি, পুরি লমচৎ থোকাওতনা
খোইয়ুম কোলোয় মমিংলেলপু শোলনা চিঙগু লাইপদ নিঙগতি,
মীপোক মহে পালনা য়োয়বোইনারপানে ॥

অন্নমনা ওইবা নম্মু তাইবঙ মীওইবগী অথোয়বা ওইরবা, মপা মপদ অরিবগী হোনা লমচৎপদ কাওদনা থঙনা, খোইয়ুম লাইশীংগী মিংথৈ মিংলেলবু শোনজদুনা, লাইবু নিঙলিবশীংদি, মপোক মহে পালনা মতিক মঙাল নাইরবা মীওইপোকনে ॥

২২৯

পনখো পলেম অনিমককী মতিক' পুনং অচৌপাপু, কনানা
হায়ঙমলাকাপনো। চৌইনৌ মচিঙ-না-চিংনা মালেম লৈমন্নোল
অসিকি অরুম মথে লৈতাপপু, পললেম পোকমাপীকি
মতিক লাইচা ফিরেল পুঙ,কুমশানা থোয়না লুমথোইরিয়ে॥

অপোকপা অপোকপী ইপা ইমা অনিগী, চাংদমনিংঙাই লৈরবা মতিক ময়াম্বদি কনানা হায়বা ঙম-লাগবনো। তাইবং মীওইবশিংনা অথোয়বা লললি নিঙনরিবা শানা লূপা হি মায়, চিঙজাও অচৌ অচৌবা অমদি মালেম লৈপাক লৈমনা চিংবদগীত, ঐ ঐবু পোকপিরিবা পলেম ইমা ওইবাগী মতিক লাইজ ইরেল পুঙগুম্বানা থোয়না লেমা নূপা চাওবা হেললিবনে। পান্নমদি, পলেম ইমা হায়রিবী মহাক্না পোকপিরম্বদগী, লেংলি পাম্লিবা অথক অবং ঙম্নামক, খঙবা উবা ফংজবিবনি। ইমা মহাক্না পোকপিরমম্বদি, ঐ হায়বা (ওইবা) থরাই যাযবা মানা কবি কবম্বা ওইবমগবনো থঙনু-দম্বনা, হন্দক মপোক অসিদা ঐ, হায়না হায়জবা ঙম্বা শকতম অমা ফংজরিবাশ, পলেমগী থোজানা ওইরিবনা, পলেম ইমা ওইবিদগী থোইনা হেন্না নুম্বা হকপা, তেংবানবদা শিংথানিংঙাই ওইবা মশক মওং অমা লৈরে॥

২৩০

কোয়ৌ নোংমতোল শবাং অথাম্বপু হেলনা, পনখো
শাংমাপকি মতিক অরুপানা, থোইনা রাংথোইরিয়ে
হায়পপু তাঙনা খঙচৌজো।

কোয়ৌ নোংথৌ অতাম্বা অরাংবা ওইরিবা অসিদগীম্বু, পঙ্খো ইপানা শকক কয়ামক্কম থোইনা, থাপ্পা রাংবা হেললিয়ে। পানদমদি:—পঙ্খো ইপা হায়বা মহাক্কী মতিক ময়ায়না, ঐ ওইবিবু পুবিবক্তনা, পলেম ইমাদা শিন্নরবনা, ঐ হায়রবু ওইরিবনি। ঐ ঐ হায়বিবা অসিবু, কয়ম্বা লাপনা কয়ামনা থাপ্পা মফমদা অমদি রাংমদা লৈরম্বাদগী, পঙ্খোনা পুবিরকলিবনো হায়রবদু, হায়ফম তমফম খঙদবনা। লাপলে রাংলে হায়রিবশিংদগী, পঙ্খোগী মতিকনা থোইনা হেন্না থাপনা রাংনা লৈবদগী ইপা পঙ্খোনা মহেক্সি শৈথানরম্বনি॥

২৩১

বারম অসি লৈপানা শাকে শজনা লমতাংশাংদ্রি,
থমজাংপা বারি মরমচংপ্পু, পুরি লমচং হুল্‌লানতনা
পজেম তাংচা লুতা থোং, পনথো খোইয়ুম্ম লাইহোইনপপু
হুল্‌লান-কতাপনে, হে নমু তাইপঙ্‌ পোঙহোইপশীংঙো ॥

অশুম্না ওইবা পাঙরো শৈশক লৈবনা, মীওইবনা মা-মাগী কাংলুপ ফুরুপ, মপা মপুশীংগী চংনারোল চংনবি লিচং শাচং, মীরোল মথং মথং থোকাওদনা চংনরিবগী চংনবি লিচংপু (লমচংপদ্‌) ঙাকনা চংনা ইপা ইমা অনিবু মিংনা উবা খোইয়ুম লাইনি নিংজঙৈনে, হুল্‌লানহৈদেয়ে। হে তাইবঙ্‌ মীওইপোকশীংঙো ॥

২৩২

পলেম পনথো অনিকি মতিক প্নুং পানতম-মতি, লাংপল
খোইরেল হিচেলনারিপা মোংপা চিঙচেল নারল য়িকুম
তংতাপা শাকে শলনা লমতাংলাংনে, য়াথং খোইয়া শমা
মিংথি য়ারৈ চেলহৈতে ॥

পোকপিবা পলেম পন্থো অনিগী মতিক ময়ায়দি, অসিনি হায়না তেংথা শৈথাবনা য়াংলগবনে। খোইবী খোইরেম্না শাবা মহুমদা অথুম্বা খোইহি তুংনা লৈবগুম্বা, লোইবী চিঙ্‌জাওদগী চেনথরকপা ঈশীংনা তংতনা চেংরকপগুম্‌, শাকৈ সলাই মীরোল মথং মথং শমথারিবা শাংলাবা তুপ্‌ল লাইনে, য়াবম থোওইদনা যাথং মরক থংনা হুল্‌লানহৈদে ॥

২৩৩

হে লুয়াং সলাই হলপাওো নঙপু য়ুলপী পুরিং চঙ্‌না
না-তাওো। হয়ি, থুনুং, লাংপচক, চক অহুম্মকি নমু
পোঙ্‌ হোইপশীংনা থয়াই মমিরেলকি য়ায়ফা মহে হোইনাপা
খোইয়ুম লাইনিঙ্‌ নারমপাতি ॥

হে লুয়াং সলাইকি লুচিংবাওো, নঙ্‌বু প্কনিং তপ্না ইংনা না-তাথো। হয়িচক, থুমুংচক, লাংবচক, চক (য়ুগ) অহুম্মাদদি, তাইবঙ্‌ মীপোক অথোইবা ওইবশীংনা, য়ায়ফাবা ওইনানব। খোইয়ুম লাইবু ফংনানবা লাইনিঙ্‌-নরম্বদি ॥

২৩৪

লাংহৈ কুমচা থুতিংকি চিঙঙ্‌ লাইথোঙ্‌ মরিমানাচিংনা,
লোইতাম থারেল থুতিংকি থাশি, থানিল নিপালনি পানশাতা,
খোইয়ুম লাইথোঙ্‌ মরিমাতা য়ুলপী পুক্লিং চেং, তরা
চাকা হেননা খোইয়ুম লাইনিঙ্‌নরম্‌পকি মতিক অথোইপপু ॥

চহি কুমজা কুমজা খুদিংগী লাকরেন ওইরকপা খুদিং শজিফু থাদা, থোঙ্‌ ওইরিবা মাইগে মরিদা খোইয়ুম লাইগী থৌরম তৌনা চহি লৈ তমহুনা (কংতুনা) থৌরম তৌবা, ১শুং লোইদাম পা খুদিংগীনা থাশী, থানিজ অমশুং নিলমাং (পানথংলকপা) নিপালনি পানবা, নিন্দুং (শিথারকপা) নিপালনি পানবাশিং খোইয়ুম লাইথোঙ্‌ মরিমাপুশিং, পদকনিং থম্মোই চেংনা চাহেন্দুনা খোইয়ুম লাইনিঙ্‌নাবকপগী চংনবি লিচং মতিক অথোয়বা ওইনা চংনারম্বাহ্‌ ॥

২৬৫ চকলৈ কোয়াচক হাকথক অকোনপা অসিতা, কয়া
মশিংরেলকি লাইনিঙ্‌ মরমচং নিংথিপা অসিতা
লাইনিঙ্‌ চাকচা ফিশেং মচু মরিমাপশিং ওয়া তিলনা,
খোইয়ুম কোলোয় মিংলেল হয়ি মিংলেলপশিং শোলপতি,
মহৈ ওয়া তিয়ারে হায়পশিং য়ারম তাঙ্‌না খঙ্‌চোঁওে ॥

চককি অকোয়নবা কোয়াচক অসিদা, তেংবানবা মপুগী মশাওলনা ওইবা, লাইয়িংথৌ পাখঙ্‌বগী লাইনিঙ্‌ লিচং নিংথিরবদা, লাইনিঙ চাকচা, ফিশেং মচু মরিমাপু (থক্কি চক চকশীংদা চংনারকপা চংনবি লাইনিঙ্‌ লিচংপশিং) ওয়া, খোইয়ুম লাইশীংগী কোলোয় মীংথৈ ওইনা "হয়ি" হায়না শোনবনা মহৈ ওয়া লৌনা লাইনিঙ্‌ লাইশোল ওইনারকলে, হায়পশিং লেপা খঙ্‌জরাঙ্গেনে ॥

অশম হায়না, মঙাং কুরুমলেল খোইয়ুম লাইনিঙ্‌শীং অনৌপানা, খোইয়ুম লাইরমলেলকি চিঙ্‌শিং মতিক অথোয়পা লমচং, য়ায়েল, লাইনিঙ্‌ অহম্মাপশিং । লুবাং পোঙ্‌লেল হলপা হোঙ্‌নেম লৈকোয়পাতা পাওতাক সমু থৃংশিন্নারমপা রারি অহুইরোল অচেংপা অসিপশিং, ঙানপা মংলেল কোয়পানা, মীপোক য়ায়ফাপা মশারি য়োয়পারেল লুবাং কুচুপাতা, অশদুম্না য়ারম পিরমরে হায়তাপনি ॥

মঙাং লাইনিঙ্‌শীংকি মণাওত্তাকৃতি অসিনাগুং মতোমত্তে, মালেম তাইপঙ্‌পাল অসিতা নম্‌ থীপু ৱোইনা পোকলারিপাশীংতি, তাইপঙ্‌ অপঙ্‌পাল অঙারপা চিঙ্‌খোঙ্‌, থুনাও তোম্না পালপা পুঙ্‌ ওইরিপানা, তাইপঙ্‌ অৱেগ্লাপু নংতা-পকি. তাইপঙ্‌ পুনসি ইৱ'নলৈ অৱাং শক্‌তোং লৈতি, থিংলো নিঙ্‌না তেনা অন্নৌপা অমারক হলপিরকতে, থৌতু খেংনা হুঙ্‌কুম ময়েং মতাশিনখিয়ে। থাংলেল শূনা মলকুমপাকুম মতুমজীলখিয়ে। তাংচা তুকুমপাকুম মকু লুফাত্তে, লিল্‌লা তুকুম-পাকুম মতাং শিংফাতনা পালপা পদ্ভ্‌নে॥

থোৱম অসি লৈপানা, তাইপঙ্‌ পদ্‌নসি চেংজেল মহৌথিৱাপকি, অহল মতম ৱোইনা হন্থ মালনৈ কারক্রুপতা, থৱাং (থ্রা.) নোংচেং লাও, নোংথি লাইমল হো, য়াংলেন নমলি কোন, য়াবেল মথো কুম, খোঙ্‌ফাং মঙম শোয়না, চাইরুং মচি লাং, মিংমৈ পারোং শদ্ম, লাইরেল থৈশদ্ম শা, চেংচেল থাওনিং ভিংনা (তেংনা) পদ্‌নসি লৈচঙ্‌ কৌলি্‌লকলে।

নম্‌ ৱ্‌লপী প্‌কনিং থুনা অনৌপা শংলো থোৱাং ঙমতারে। খোইয়দ্ম নোংতম মৱায়েল, পলেম পিখোয়রেলকি পদ্‌নসি চেংচেল হুমিং শীংশদ্রক্রাপতা, তাইপঙ্‌ হকচাং পাম্বদপা অসিপদ্‌ হায়্‌ মনুং চঙ্‌, হুংনাং মানা লেকনা হকচাং ফক্‌ফানাক্রাপতা য়ায়ণী হুংমা হো, ম্‌লং শৱ্‌ম চাও, চকমোম মকা লাম, লাইচা য়িনিল শদ্‌, থোৱতো মারা তাও, য়াংলি ঙকলি লুশম কোম, হকচাং মলশিল্‌লক্রাপকি, য়ায়ণী থৱাই লালনৈতমপদ্‌ ফংশিল্‌লখলাপকা, থমপাল শনা খোংলমকিপদ্‌ লমহৌরকলে।

হুংশীং মৱাং হৌপকি পাফল মরি শদ্মনা পনথেংলকলে, শিংচাও মশি ভংনা হকচাং কায়তোইচলজিপপদ্‌ তেংখল ফোলাং নোপ্পা, হকচাং

কাপ্‌ন্নম শাপলমা, তান্নপ্‌ন্নম ১০৮ মপ্‌ শাবা হংচৈ শৎনা হিকত্তোকলে। হকচাং কিথুল অহুমমপ্‌ন্ন কিশী পরৈ থোক্লা হুংশীং শাথৌ কনপ্যাকি, থম্পাল লৈকা তেক্লা হমতেকলে ॥

ম্নিমচি নাকতোন অনিমাত্তা হুংশীং শাত্তোন য়ৈথংলাপাকি থপাক থেনপ্‌ন্নঙ্‌, বাংনা ফিরাল মঙাল নাইরকলে, সম্ম নাকোং থোঙ্‌চাও ফুলনা চেংলৌ মিংকোই লেপশীললকলে, মালং মথি নাইপানা হুংশীং শাফু কনপাকি শনচিঙ, মত্তোল লোমনা শিংকংলক্‌লাপতা, থমপাল চেংলৌ মিংকোই থোঙ্‌প্‌ন্ন কোয়ৌ তমথালাংনা লাংথুখিপাপ্‌ন্ন চেংলৌ মিংখিং গুমলৌতে। হুংশীং শাফু কন-পানা থোয়শীল্‌লক্লপকি থবাই সিতাপা অতুকি মিরেল য়ায়পী য়াহৌননা, য়ায়পী মঙাল থোক্লা চোংথোকখিপপ্‌, মীপোক য়ায়ফাপা থবাই চঙ্‌থোন-পাশীংতি, তোচা লল্‌বোল মতুং ইন্না, থোইয়ন্নম লাইনিঙ, মরুমপালকি য়ায়ফা অহেপ্‌ ঙায়রোইননা থবাই য়ায়পী বাইথুংফমকি থুমলেল হিচেল্‌-নরিপা চিঙঙ্‌ন্ন ফমপীরেল অথোয়পাত্তা, থবাই অরাল থুফমপ্‌ তানফংচখিয়ে হায়তাপরা ॥

বারম অসি থঙ্‌না নমু মীরোইপশীংনা লমচং লাইনিঙ, অশেংপপ্‌ন্ন ব্নলপী খুংথুম চলনা কুরুম শনা মখোঙ, থাপ্‌ন্ন চেংনা পায়চারঙেনে।

অশপ্‌ন্নবা বোইপা

চিঙঙ্‌ন্ন মশক অরেপ্পানা কাওপিরকপা মঙাং লাইনিঙ্‌শীং অনৌপাকি কোলোয় ময়াথং বারম অহইরোল অচেৎপনে ॥ হরি চা হায়া হে, হয়ন্নম হয়ন্নম হয়ন্নম ॥



লোয়রবা ॥

অইবগী পৃথোক্লবা লাইরিকশীং | অফোংবা
--- | ---
১। "মৈতৈ" | শমোমচা শ্যামকহাই<br>নোইরাংখোম জন্মস্থান।
২। মালেম লৈশেমলোল অবিবা ( অহানবা শরুক ) | খিংবাইজমচা টিকেন্দ্র<br>ট্রেজরি ওফিস, হেদ ক্লাক।
৩। মপাঙ্গী মত্তিক ময়ায় | ওইনামচা থনে (ধনেশ্বর )<br>শুগর মেনেজর, দি আই সি।
৪। মালেম লৈশেমলোল অবিবা ( অনিশুবা শরুক ) | খিংবাইজমচা টিকেন্দ্র<br>ট্রেজরি ওফিস, হেদ ক্লাক।
৫। মঙাং লাইনিঙশীং | কাংজবমচা শ্যামকিশোর<br>কো, ওপেরেতিপ ইন্সপেক্টর।
৬। মৈতৈ, মৈহৌরোল লিচংশাচং লাইনিঙ, ( প্রেসতা লৈরি, লোইশাললকলে ) | রাংথৈমযুমচা কুমার<br>ই, ই, এ'প।

---

অথুবা মতমদা লাপ্লোকচরগনি।
অমাইরোল থোক্লম লাইশোন ১ভুং মালেম লৈশেমলোল অবিবা অহুম শুবা শরুক।

---

লাইরিক ফংফম :— কেমেরা হাউস পাওনা বাজার ১শুং লাইরিক যোনফমশীং।